BIRTH CENTENARY CELEBRATIONS
OF JANANETA IRABAT SINGH, 1996





*Jananeta Hijam Irabat*

CO- ORGANISED BY

**EASTERN ZONAL CULTURAL CENTRE, CALCUTTA**
**DEPTT. OF ART & CULTURE, GOVT. OF MANIPUR**

# Birth Centenary Celebrations of Jananeta Hijam Irabat

**(1896-1996)**

জননেতা হিজম ইরাবতকী ১০০ শুবা মপোক কুমওন
সেপটেম্বর ২৯ অমসুং ওক্টোবর ১৩, ১৯৯৬

# SOUVENIR

## নীংশিং চেফোঙ

*Editor :*
**L. Damodar Singh**
*Joint Editor*
**Dr. N. Tombi Singh**

*Jointly Organised by*

**EASTERN ZONAL CULTURAL CENTRE, CALCUTTA**

and

**DEPARTMENT OF ART AND CULTURE, MANIPUR**

Sep. 29 and Oct. 13, 1996

**Jananeta Irabat Birth Centenary Souvenir**

*Published by :*
**Shri Th. Subol Singh**
Director, Art & Culture, Manipur
& Convener of the Celebrations Committee
Palace Compound, Imphal - 795001
Manipur

On the Occasion of the Birth Centenary
Celebrations of Jananeta Hijam Irabat Singh
on Sept. 29, 1996

No. of Copies : 500

*Cover Design :*
**Premananda Roy**

*Editor :*
**L. Damodar Singh**

*Joint Editor :*
**Dr. N. Tombi Singh**

*Printed at :*
**Padma Printers (Computerised)**
Paona Bazar, Imphal - 795001

Opinions expressed in the articles are of the contributors and not necessarily of the Editors and the Dept. of Art & Culture, Manipur

নীংশিং চেফোঙ

ননেতা হিজম ইরাবত সিংহগী চহী ১০০শুবা মপোক কুমওনগী থৌরম্দা আর্ট অমসুং কলচর, মণিপুরগী ডিরেক্টরনা ফোঙবা,
সেপটেম্বর ২৯, ১৯৯৬

# CONTENTS



***GRATEFUL ACKNOWLEDGEMENTS***

1. The Eartern Zonal Cultural Centre. Calcutta for financial assistance; 2) Memers of the Celebrations Committee; 3) Editor, Jt. Editor, Souvenir; 4) Premananda Roy for Cover Design; 5) Article Contributors; 6) Translators of poems; 7) Smt Chandrakala Devi, artistes of the Govt Music College; 8) Irawat Centre for Marxist Studies (specially N. Shyamkanhai and Shanta), Poknapham for photos of Irabat; 9) Publishers for allowing reproduction of articles; 10) Different wings under the Art Culture Deptt. Manipur; 11) Press & media; 12) J.N.M.Dance Academy, Imphal; 13) Padma Printers and their staff and all our friends who have extended their valuable help and co-operation for the success of the Celebrations.

**Th. Subol Singh**
*Director,*
Art & Culture, Govt. of Manipur.

# EDITORIAL

This Souvenir is brought out as a homage to the Jananeta Hijam Irabat Singh (1896-1951) on the occasion of the Centenary Celebrations of his birth organised jointly by the Eastern Zonal Cultural Centre, EZCC, Calcutta and the Art and Culture Department of the Government of Manipur assisted by an Organising Committee consisting of many well-known scholars, literateurs and state government officials headed by the Secretary, Art and Culture, Government of Manipur. Programmes during the centenary year comprise speeches, seminar and deliberations on the life and works of the Jananeta, Kavi Sammelan, musical soiree with lyrics composed by the Jananeta, etc. Throughout the year various organisations will observe the centenary celebrations with many programmes and publications of souvenirs, special issues of journals, etc. The celebrations co-organised by the EZCC and the Art & Culture Department, Manipur are only a part of the programmes to be carried out by diffeient organisations in Manipur.

This souvenir is an offering to the memory of the Jananeta Hijam Irabat Singh on the occasion of the Centenary of his birth. He was born in a humble family on September 30, 1896 after about five years of the conquest of Manipur by the British. From this time until about the end of the fourth decade of this century Manipur, as in other states of India, was passing through a crucial period in which awakening, struggles and aspirations were seen and experienced in a prominent manner. Irabat was a many-splendoured personality, - a poet, writer, musician, theatre artiste and worker, journalist, teacher, social worker, a good sportsman, a great leader of the masses, a visionary, etc. He died on 26 September, 1951 A man who did so much in a span of about 55 years for his country and sacrificed his life for the cause for which he was fighting - a new dispensation where people can live with freedom, honour, justice and equality, a man who was one of the foremost harbingers of the renaissance in letters, culture, thought and outlook in Manipur and eastern India, left a profound impression in the collective consciousness of men and women of old and new generation. This Centenary will certainly bring once again to the psyche of a new generation of men and women the memory of a great man who was amazing in his versatility and universal in his integrated vision of life. With his tender heart and steely spirit, with his catholicity of outlook and extra-ordinary sympathy for the common men. the poor and the down-trodden, he was a leading light to eastern India struggling to be reborn into a new order Hemmango Biswas rightly called him Simanta Prahari (The Sentinel of the East.)

This Souvenir contains valuable studies on the life and works of the Jananeta and many aspects of his personality and genius, by eminent writers and scholars from Manipur and outside, reproductions of articles on him, his poems translated into English, reproductions of his photographs, - all of which are tributes to the genius of the Jananeta and a guide to its understanding.

The editors are grateful, to the learned scholars, writers for contributing their articles, translators of the poems, indviduals and organisations who have permitted reproductions of articles, letters, photos and sundry other things, in fact all who have rendered their valuabe help and co-operation made available to us for successfully publishing this souvenir. We express our special thanks to the proprietor of the Padma Printers (Computerised), Paona Bazar, Imphal and particularly its Computer Section and workers of the press for their unstinted support to us.

**L. Damodar Singh**
Editor
**Dr. N. Tombi Singh**
Jt. Editor

Imphal
September 29, 1996






# MESSAGE

It gives me immense pleasure to learn that the Department of Art and Culture, Government of Manipur is going to celebrate the Birth Centenary of 'Jananeta' Hijam Irabot Singh and that a Souvenir is also being brought out to mark the occasion.

A pragmatist and an idealist, he placed great emphasis on equality, freedom and dignity of individual. In his fight against the travails of colonialism and feudal oppression, Jananeta Irabot joined the Nikhil Manipuri Mahasabha. He later joined the CPI and mobilised mass awareness campaigns to fight social injustice by founding the Krishak Sabha.

No salutation to this great leader can be complete without a mention of his scholarly face, his creative genius and the momentous role played by him as the harbinger of cultural renaissance in the State. He was a poet, a journalist, an essayist and a dramatist all rolled into one and also the founder of the Manipuri Sahitya Parishad and Manipur Dramatic Union.

His entire personality in retrospect is an enduring example of selfless dedication, unstinted cooperation, hard work and extra concern for people's welfare. Understanding his life and thinking is the best homage which can be paid to this great man. I earnestly hope that the souvenir will inspire such understanding and help propagate the living message of Jananeta Irabot.

**O.N. Shrivastava**



M BABU SINGH
MINISTER
Economics & Statistics,
Arts & Culture and Election
Manipur



# MESSAGE

I am delighted to know that the Department of Arts and Culture, Manipur, in collaboration with the Eastern Zonal Cultural Centre, Calcutta is organising the Birth Centenary Celebrations of the late Jananeta Hijam Irabot Singh to be inaugurated on September 29, 1996 at Imphal highlighting his life and works and that a Souvenir will be brought out on this occasion

Jananeta Irabot Singh was one of the pioneers of modern Manipuri literature and involved himself in the movement to usher in proscenium theatre at the turn of the century. A great social reformer and leader of the peasants and the down-trodden masses, he led the people and the women-folk of this part of the country against the British Authorities and the feudal monarchy with great perosnal risks and dedication for ameleoration of the ills of the then society and its uplift. A man who gave up his lucrative post and personal gains for the cause of bringing in a new order of society based on justice and equality, the Jananeta was indeed one of the great leaders of eastern India. He was aptly called 'The Sentinel' of the east. We should show our gratefulness to such a great leader.

I wish the Birth Centenary Celebration a grand success

**M. BABU SINGH**

# হৌজিক তৌগদবা করিনো?

হিজম ইরাবত সিংহ

থায়না হাঙ্গৈবসু য়ারে — চহী ৪০ গী মমাঙদা মণিপুরদা হোংলম্বা পোংচৈদি শেল চামনা ইমুং অমগী চান-থক্লবা পোংচৈ লৈবা ওক্রমই। ফৌ শংবাইদা অনা অমতা করিগুম্বদা অদুদগীসু তানা পীরমই হাঙ্গৈনা অহল-লমন্না রাবী তৌই। অদুবু হৌজিক্তদি ঐখোয়দদি রাবী ওইনা থোক্লে। মতম অদো নুংঙাইবনিদা হায়দুনা অহল-লমন্না তকশি শোন্নবি। হৌজিকসু খ্বাই পূন্নমক্লা 'হে লাই ইবুংঙো' কুমশি অসিদা ঙাহোং চাকহোংহনবীয় হাঙ্গৈদুনা লাই খুকম্নরি। লাইনা কুপা তৌবিরমাক্লে ঐখোয় খ্বাইনা নীংজবা কনমনখ্রমাক্লে কুমশিদি ফৌ-চেঙ ঙম্না হোংহনবীরে। ঐখোয়না খঙজরকপদগী ওসি ফাওবা চহী ৩০ মুকশিগী মনুংদা লুপা ১ গী ফৌ শংবাই ৩/৪ তৌবা অসি কুমশি থেংনরিবা অসি মঙাইরি। ফৌতবু নত্তে ফিবোল ইনশাং-নাপী লোইনা হোংলবনি, অসিদা মণিপুর অসি মঙাইরে ঐখোয় পূন্নমক নুংঙাইরে হায়সিবা? পোৎশিং অসি লৈবদি শেলনা লুপা পৈশানা লৈগদবনি, শেল অদুদি করম তৌবি? শেলদা মীতৈনা নংলিবা হায়ফম লৈত্রে, অচৌ, অপীশক, অরৈ-লৈত খায়দনা মী পূন্নমক উরা হুমদাং মশীং থীদুনা পানবা হায়নবা অদুম্মক য়ৌরক্লদৌরে। শেলগী অবস্থাদি ভারতকী দেশ পূন্নমক ম্নাম্না ফত্রবনি। অদুম্নদি ওইরবদা মণিপুর অসিনা খ্বায়দগী থোইদোক হেন্দোক্লা রারিবা অসি করিননো?

শেল তান্নবা মরু ওইবা লম্বেলদি লপ্লোন ইতিক তৌবা, লৌউ-শিংউবনচিংবা অসিনি। মীতৈগী মনুংদা লপ্লোন-ইতিক তৌবা মী ইরৈ লৈতবা নত্তে, লৌউবদি মণিপুরগী মীতৈগী খ্বায়দগী মরু ওইবা থবক্তি (শিন্নি)। চেঙনা খ্বায়দগী মরু ওইবা লপ্লোনপোৎনি, অনীশুবদা ফিনি। চেঙনা হোংবগা মীরৈপাক্তা পুদুনা য়োন্নবা হুকুমগা লৈতবনা মরুওইবা চেঙগী কারবার অসিদি ইচৎ চৎত্রে হায়বসু য়ারে। অদুনা ঐখোয়না মীরৈবাক্তগী শেল পুশিন্নরুবা লম্বী অমদি থিংলে। ফি অসি মীরৈপাক্তা চৎলি হায়বসু য়াদে, চত্তে হায়বসু য়াদে, মচৎলিবা হায়বা অদুনি। ফিগী মরমদদি মণিপুর অসি Manchester of Assam হায়বদা থোইনা চোপকনি নীংজদে। মণিপুরগী য়ুম খুদিংমক তরেং, য়ুম খুদিংদা য়োংখম অমমম লৈ হায়রবসু লাল্লোই। অসিগী মথক্তা খ্বাংগী ফীনচিংবা ফি কয়া অমসু শারি। মোইথাব নাইবা ফি শাবনা নুপীগী মরু ওইবি। লশিংসু ঐখোয়গী মায়কৈ মরীদা কোয়দুনা লৈরিবা চীংদা অরাৎপা লৈতনা ফংলি। মীতৈরংগী নীংথিজবা ফি ঐখোয়না শেৎপা ইন্নবা, শীজিন্নবগী মথক্তা লেমদুনা মীরৈপাক্তা য়োল্লগা শেল খরা খরা পুশিল্লকই। অসুম্না পুশিল্লকইবা শেল অসি চহী অমদা লুপা লাখ ১/৩ লোম ওইগনি। ঐখোয়গী মীতৈ নুপীনা শাবা ফৈজোম ফুরিৎকী ইনফিনচিংবনা হোংলিবা, কল্লিবা হায়নিংঙাই লৈতে। অসিদা ঐখোয়গী অফবা পোৎতি ফত্তবা ওইনা মীগী অতাংবা ফি লৈদুনা শীজিন্নরিবা অসিবু মীরৈবাক্কী মীনা উদবা খঙদবা নত্তে। অসিদা মীতৈ ঐখোয়বু করম্বা ফীভমদা খল্লমগদগে হায়বসি অমুক্তং খন্দুনা য়েংশি। ঐখোয়না মীবৈবাক্কী ফি লৈদুনা শীজিন্নরিবা অসিদা ঐখোয়দগী (মণিপুরদগী) চৎখরিবা শেল অসি চহী অমদা য়ামদনা পারবদা লুপা লাখ তরামুক মওইহনসি।

কুমশিদি মীতৈ ভদ্রলোক অয়াম্বনা মণিপুরগী ফি ফুরিৎ ফৈজোম, ইন্নফিনচিংবা খরা শীজিন্নবা অসিদা লুপা খরদি তানা চৎলমগনি হায়বা খনজরুবদা ওম্বোক্লা নুংঙাইজে। ফিতদা ঐখোয়গীদগী মীরৈবাক্তা চৎখ্রিবা শেলনা য়ামনি। পারবদা লুপা

লাখ ৬/৭ ওইহল্লবসু ঐখোয়গী ফি য়োল্লগা লাকপদা চাওরাক্লা লুপা লাখ ৩/৪ ওইহল্লবসু লুপা লাখ ৩/৪ হেনখরি। লাকপদা চৎখিগদবদা চৎখিবনা হেল্লবদা করি লেমহৌফম থোকপগে? মীতৈনা মীতৈগী ফি শীজিন্নরকপদি ঙসি ঙরাংদগী নত্তে, চহী ১০০/২০০ গী মমাঙদগী শীজিন্নরকলবনি। হৌজিক্তদা কেথোকপা হেল্লকপনা মীরৈবাক্কী নীংথিরবা মমল য়াম্নবা ফি শেৎনা-ইন্নরকপনি। অমুক্তং খন্দুনা য়েংলিয়ু। ঐখোয়না শাবা লুপা ২ পীবা ফি য়োল্লগা লুপা ৬ ১০, ২০, ৩০ পীবা ফজরবা শামতুগী ফিনচিংবা লৈদুনা শেৎনা ইন্নরি। মীতৈ ঐখোয়না শেল তান্নবা লম্বীদি ইরৈ লৈত্রবা অরাবগী পম্থেংলবা মতম লৌ শঙম অমতং চাবদগী হৌদুনা লৌ পরী ১০/২০ চাবা ফাওবা খ্বায়গী থৱায় হিংনফম হায়না লৌ ইংখোলগী খাজনা থীবা ঙমদদুনা লৈরবা মতম অসিদা নীংথিজবা অহোংবা অকনবা য়ুম য়ুমদা থোকপা ফিদি হন্দোক্তুনা অরেম্বদা লুপা অসুক য়াম্না পীথোকপা অসিবু ঐখোয়বু অশিংলনি, ইনাক খুনবনি খনফম থোক্কদ্রা?

মীতৈ ঐখোয়না পাল্লিবা খুম্বানদি - - অয়ুক-নুমিদাংগী চানবা চেঙ নঙনা খুম খাওনচিংবা পূম্নমক মীঙোনদগী তাংবনি। খুম্বান্দো এনা হাইজরিবা অসিগী মথক্তা হিসাব অমগা উৎচগে ---

থুম হায়বসি য়ুম খুদিংদা নোংমদা পৈশা ১/২ দংগী শোয়দনা লৈদবা য়াদ্রবা মরৈরবা পোৎ অমনি। নোংমতদা য়ুম খুদিংগী পৈশা অমমমগী থুম লৈহল্লসি, মণিপুর অসি য়ুমশিং কয়া ওইগদগে খম্লদুনা য়েংলিয়ু, য়ুমশিং লিশিং ১০ তা ওইহনসি অদু ওইরবদি পৈশাসু অদুক ওইরে অদুনা লুপা কনা শুবগে হিসাব তৌবিয়ু। নোংমদা তরা চৎখিবা লুপা অদো থা অমদা কয়া চৎখরে, চহীদা কয়া চৎখরে হিসাব তৌবিয়ু। লুপা অদো ঐখোয়না মীতৈথুম ওইদুনা ময়াংথুম অচৌবা চারকপা চহী কয়া শুরবা অন্দাজ চহী নিফু ৪০ অসিদা কয়া চৎখরবা? অসিবু ঐখোয়গী লৈজরিবা মীতৈথুম অসি ঐখোয়না মীরায়বদগী ঐখোয়দা লৈগদবা শেল চৎখরবনি। ঐখোয়গী থুমখোং লৈরিবা হৌজিকমক থবক তৌবা য়ারিবা মশীং য়ামদবা নত্তে, অসি শীজিন্নরবদি স্টেটকীসু আয় হেনগৎকনি ঐখোয়গীসু ফমফম থোকই। মীতৈ ঐখোয়গী মীতৈথুম অসি নীংথিনা শীজিন্নরবদি হুজিক থবক পায়দদুনা থুমখোং কয়া অমা লৈরিবা অসিসু শোয়দনা হিংলগদবনি। অদু ওইরবদি থুম অসি মীরৈবাক্তা থাবসু শোযদনা অসুম য়াফম থোকই। মীতৈথুমবু ঐখোয়না লাইগীতা ওইহন অশেংবনি হায়দুনা ঐখোয়না য়েংদনা অসি তৌরগনুসি।

অসিনা মীতৈ ইচিল-ইনাও পূম্নমক রাখল হম্না চনীং তানা খম্লনদুনা য়েংবিবা মতম য়ৌরকলে। ঐখোয়গী অবস্থানা অসি যৌরবা অসিদা ঐখোয়না ঐখোয়গী হিসাব য়েংজবা মতম য়ৌরকলে। নীতিগী ঙা ঙাক্তা চাবা মীসু ইনশাং লৈরবদি চমকুৎ চাবা মশিলনি। মতম খরদং লৈবিঙৈসিদা হোংলহৌদ্রবদি মীমদা মীতৈ ঐখোয়সি গুল্লা কাংদ্রুম শোয়দনা ওইরগনি। অসি খোক্তনবা কারবাল চাওখৎনবা খুৎশা হৈবগী মরমদা চাওনংনবা হোংনদুনা বৈতরণা তুরেল মপান্দগী অমুক্তং হল্লক্তুনা মালক তিনবা ঙমবা হোংনহৌসি। অসি নত্তনা হৌজিক তৌগদবা করিনো?

(১.লোথোককম ঃ - "য়াকায়রোল", খাগী পাওরোল চে, ২ শুবা চহী মে, জুন, ১৯৩২, ৩ শুবা মশীং।

---

**ভারতকী নোংপোক ঙমখৈদা শন্ত্রীনি নহাক**
**লংলবা ফজরবা মৈরা**
**নহাক্কী লাইবক্কী ফজরবা চন্দন**
**কনানা মুথৎখরে?**

— *হেমাঙ্গ বিশ্বাস* (ঙমখৈ ঙাকপা)

---

# নিখল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাদা ইরাবতকী অভিভাষণ

(তাং ৩০, মে, ১৯৩৪ ইং)

পুকচেল চাউবা সভাপতি, শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজধিরাজ, ভদ্রলোক অপুম্বা ননাই ঐনা স্বাগতকারী সভাগী ওইনা মণিপুর য়া লৈবাক ইম্ফালদা কেন্দ্র ওইদুনা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা অহানবা ফমবা অসিদা ভদ্রলোক অপুম্ববু স্বাগত তৌবা ঙমজরিবা অসি ননাই ঐগী চাং তমনিংঙাই লৈতনা লাইবক ফবা অমনি। মণিপুর সনা লৈপাক্কী মরমদা থায়না মহাভারতনচিংবা পুরান অমসুং অদুগী মমাঙগী মতমদগী হৌনা খাওরকই। লৈপাক অসিগী সনাগী সিংহাসনদা পৃথিবী দিগ্বিজয় তৌবা পাণ্ডবকী অকনবা অর্জ্জুননা পোকপা বভ্রুবাহনগী বংশদা পোকপা শ্রীল শ্রী ১০৮ যুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজাধিরাজ সার চূড়াচান্দ সিংহজী বাহাদুর কে,সি,এস, আই,সি,বি,ই, মৈদিঙু নিংথৌরেল ইবুঙোনা মণিপুরগী সনাগী সিংহাসন্দা ঙানবিরি।

লৈপাক অসিগী সহর শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী স্বর্ণ মন্দির অমসুং শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজাধিরাজগী সনা কোনুংনা ঙাল্লিবা পবিত্র ওইরবা মণিপুর জাতিগী অনৌশুবা স্বর্গ ইম্ফাল সহরনি। ঙসি মণিপুরী অপুম্বগী অনৌশুবা স্বর্গ অসিদা জাতি উন্নতিগীদমক নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা ফমননবগী থৌরাং অসি প্রজাপালক শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজাধিরাজ ইবুংঙো কৃপা, বুদ্ধি লৌশিং ফবা থবক্কী পোরম খঙবা শিল্লাংবদা হৈশিংবা স্বাগতকারী সভাগী সেক্রেটরী শ্রীযুক্ত অকোইজম অমুবী সিংহ অমসুং অতৈ সদশ্য পুম্নমক্কী মপান্দগিনি। থৌজালগী সমুদ্র শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজাধিরাজগী ছায়াদা সভাগী থবক খুদিং য়ৈথাই থিঙ্গাই অমসুং অপনবা লৈতনা পাঙথোকপা শ্রীশ্রীগোবিন্দ জিউনা কৃপা তৌবিবা অসিতনি আশা তৌজরিবা।

নুংশিজরবা ইচিল ইনাও পুম্নমক, হৌজিক অয়াম্বগী মিত্তা অতোনবগী নাওং ওইনা খন্নরিবা মণিপুরী জাতিগী উন্নতিগীদমক্তা চীংলোন মাপল লান্দুনা অৱাবা কোঙ্গাই তুংওইনদুনা লাকপিরিবা প্রতিনিধি অপুম্বদা খুৎজোর তৌদুনা হায়জরি। ভদ্রলোগ পুম্নমক্কী সেবা মতীক চাই চাদেগী মরমদা দিবানিশিদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউনা ঙাম্থোইরিবা মণিপুরী অপুম্বগী পবিত্র মহাতীর্থ অমসুং মাতৃভুমিদা লাকপনি খনবিদুনা ভদ্রলোক পুম্নমকী অচৌবা পুকচেন্দা নুংঙাইবা অপেনবগী রাখলতা লৌবিগনি।

ভক্ত রাজর্ষি চূড়াচান্দজিগী অকোয়বদা প্রতিনিধি ভদ্রমণ্ডলীনা থৌগল তৌরিবা নীংথিজরবা গুণ লৈরবা মহাসভা অসিবু স্বাগত তৌজবদা মতীক চাবা করিগুম্বা অমত্তা লৈরোই হায়না পুক্লিংদা য়াম্না চেৎনা থাজবগুম্না মণিপুরী জাতিগী উন্নতিগী হীরমদা শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজাধিরাজ প্রজা পালক বীরচূড়ামণিগী জাতিগী ঈংনফম ওইরবা সনাচরণগী মরুমদা চঙজদুনা মণিপুরী অপুম্বগী লাইবক ফবা চাওখৎপা অমসুং নুংঙাইবা নুমিৎসু থুনা খোক্লগনি হায়না চেৎনাথাজনজবি।

### ইচিল ইনাও পুম্নমক

ঙসি তিল্লিবা গুণ লৈরবা মহাসভা অসি মণিপুরদগী প্রতিনিধিতা ফমদুনা তিনবা মহাসভা নত্তে। মণিপুর অমসুং অতৈ অতৈ লৈপাক্কী প্রতিনিধি মখৈ তিল্লবা সভানি। মহাসভা অসি ফম্বগী কান্নবা।

অহানবদা ঃ— লমদম তামনা লৈনখ্রবা ইচিল ইনাও ইপা ইচা পুম্নকপু উনদুনা শকখঙ মায়খঙ্নবগী খুদোংচাবা অমা।

অনীশুবদা ঃ— অমগা অমগা বুদ্ধি লৌশিং হোদোকনবগী খুদোং চাবা অমা।

অহুমশুবদা ঃ— অমগা অমগা নুংশিনবগী ৱাখলনা পূন্নদুনা জাতিগী পাঙ্গল হেনগৎপা অমা।

মরীশুবদা ঃ— শমলপ্না জাতিগী উন্নতিগীদমক্তা হোৎনবদা খুদোংচাবা থোকই। অসিগুম্বা জাতিগী চাওখৎনবগী মরম ওইবা মহাসভা অসিগী সভাপতি আসন্দা লেঙশিনবিদুনা মণিপুরী অপূম্ববু অঙানবগী লম্বীদা লমজিংবিরিবা মহামহিম মণিপুরেশ্বর মহারাজাধিরাজ অমসুং প্রতিনিধি পূয়কপু স্বাগতকারী সভাগী ওইনা ননাই ঐনা হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি।

শিক্ষা ঃ— কুইবা নত্রি. চহী নিফুগী অদুরাইদা হিন্দু মণিপুরীগী শিক্ষাগী নাওং অসিমতা ওইনা তৌরমই। মতম অদুদা ইংরেজী তম্বা অসি মাংই হাইনা নীংনরমই। ইংরেজী ময়েক ইবা লাইরিক শোকনরমদে অমসুং মাদু তমলূবা মী অদু মখুত্তগী ঈশিং লৌনরমদে। শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজাধিরাজ ইবুংঙোগী সনা হাক্তক অসিদা মতমগী মতুং ইন্না থোইদোকনমক কান্নরবা বিদ্যাশিক্ষা অসি নোংমা নোংমগী চাওখৎলক্কুনা মণিপুরী জাতিগী শিক্ষা অসি থাক মথং মথং কারকলি। নুপাংগী নত্তে জাতি অপূম্বগী সমাজগী শরুক খাইবোক পুদুনা লৈরবী, সমাজগী তুংগী নৌনা হৌরকইবা নুপামচা নুপীমচা অপূমবগী শিক্ষাগী চাওখৎনবগী মশক ওইবী নুপীগী শিক্ষাগী মরমদসু নোংম-নোংমগী চাওখৎলি। শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজাধিরাজ ইবুংঙোগী মপাল নাইদবা থৌজাল মত্রবদি মণিপুরী অপূম্বা ঙসি ফাওবা তুমদুনা লৈরমগনি। অসিগীদমক্ মণিপুরী অপূম্বনা ঐখোয়গী ইবুংঙোগী লমন তোঙ্গ্নবনি। লমল অসি করম্না শিংবা ঙমগাদগে অমসুং ঙমফম থোকপগে হায়না খনবগা ৱাখল লামবা ফংবা ৱাই। লমন অসি খরদং শিংবা ওইনা তৌবা ঙমজগদবদি শ্রীযুৎকী সনা পূক্নিং মতুং ইন্না হৌজিক্ ওইরিবা শিক্ষাগী ফিভম অসিদগী ঐখোয় খায়না পূক্নিং অমতা ওইনা লাইরিক লাইশু তম্বা লম্লোন ইতিক অমসুং খুৎ-শা হৈবগী ইরমসি হেঙ্গৎনবা হোৎনবনা থোকলোইদ্রা?

ধর্ম্ম ঃ— ঙসি ফাওগা মণিপুরী হিন্দুগী ধর্ম্ম লেংদনা লৈরি। কনাগী কৃপাদগী? ধর্ম্মপালক শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজগী কৃপাদগীনি। জাতি ধর্ম্মনা জাতিবু অমত্তা ওইহন্নবগী খূর্জিনি। মতম মতমগী অমসুং থায়নদগী চৎলকলবা ধর্ম্ম অমসুং ফিবম অপূম্বা অসি কায়দনা ফিদম অপূম্বা মাঙদনবা অনৌবা অচুম্বা লিচৎ কয়া মরুম লৌবা য়াবা ঐখোয় খায় (মণিপুরী হিন্দু) না মতম অসিদা চঙজগদবা কনাদনো? ঐখোয়বু ৱায়েল্লু, ধর্ম্ম পালন তৌ হায়দুনা লাইনা থারকপা মণিপুরগী মবুংঙো মণিপুরী জাতিগী মবুংঙো ধর্ম্মপালক নিংথৌরেনগী সনা চরন্দনি। ধর্ম্মপালকনা পালন তৌবিরিবা ধর্ম্মগী ঈচেন্দা লুপ্পুনা মণিপুরী সমাজনা পেঞ্জবা ওইফম থোকলোইদরা?

জাতিগী উন্নতি ঃ— হৌজিক মতমগী, অনৌবা নুমিৎ থোক্লক্লবা মায়কৈ মরী মণ্ডাল শিল্লকলবা যুগ ধর্ম্মপালক শ্রীযুৎকী কৃপানা মণিপুরীগী মনুংদা অয়াম্বনা জাতিগী চাওখৎপগী লম্বীদা চংনরকলে।

থায়নগী মণিপুরগী ময়েক ভারতবর্ষগী লিপি পরেংগী কুনশুবদা মণিপুরী কৌবা লিপি পরেং অমা হাপলি। মসি মণিপুরীবু মশক তাকপা মমল য়ামলবা মণি ওইরোইদ্রা? ঐখোয়গী ইবল নত্রা? ঐনা লিপি বিজ্ঞানগী মরমদা থোইনা খঙজদ্রবসু মসিনা ঐখোয়গী ইরোল অসি ইবদা উচ্চারণ বানান্নচিংবা তৌবদা চপ চাই হায়বসি অহে অশিং পূন্নমকসু খঙবিরিবা ঙাকনি। ঐখোয়গী মমল য়ামলবা মণি অসি চেকশিন্না থম্মনা ইথৌ ওইরোইদ্রা?

থায়নগী মবৃধো ইবুংঙোশিংগী সনা হাক্তকো শ্রবণ কীর্ত্তন, স্মরন পাদসেবন অর্চ্চণ বন্দন, দাস্য অমসুং সখা হায়বা ভাগবত ধর্ম্মগী মনুংদা কীর্ত্তন হায়বসি ইমারোম্মা খক তৌরমদে। সনা হাক্তক অসিদা ঐখোয়গী মণিপুরেশ্বর মহারাজাধিরাজ ইবুংঙোনা তৌদোকপিবনি। অসিগুম্বা মণিপুরীগী মবুংঙো ভক্তরাজর্ষিনা উৎপিরিনা লম্বী অসিদা ঐখোয় খাইনা লম পাক্লবা হোৎনবনা ঐখোয়গী ইথৌ ওইবোইদরা?

মণিপুরী জাতি অসিবু বিজাতিনা অতোনবা মিৎয়েংনা য়েংবগুম তৌবা উবসি খায়না খঙনরি। তৌইগুম্বসুং থাঙ্গৎমক শেংবদি তোনবা নত্তে। মণিপুরী লাইরৈ শেলগী লম্বীদা ৱাৎত্তে হায়বসি কনাসু হায়বা ঙম্লোই। অৱাৎপা অসি মেন্দুনা উন্নতি মপূং ফানবা হেৎনবা চুমলোইদরা? জাতি মনুংদা পূকচেন

খোইজেল তিন্নবা নুংশিনবা হায়বসিগী মরমদা ঐনা করি হায়জগদগে। ধর্ম্ম লোন অমসুং আচার ব্যবহারনা জাতিগী মনুংদা অমনা অমবু নুংশিনবা পোকহল্লি। সম্মেলননা অফবা অমা ওই হায়বসি খ্বায়না খঙ্গনবিরিবনি। অপুম্বনা পুন্না অমতা ওইদুনা শ্রীযুৎ মহারাজ ইবুংঙোগী মণিপুরী প্রজানি হায়বসি খ্বায়গী মাঙদা উৎপদা ঐখোয়গী অরেমবা নত্তনা মপুগী মতীকচাবা মনাইনি হায়বা নত্তনা অতৈ করি হাইনিংঙাই লৈরিবগে?

ভদ্রলোক পুন্নমক, ঐনা সভাগী মমল য়ামথ্রবা মতম খরদং মাঙহনজখ্রিবা অসিদগী হেন্না মাঙহনজনিংদ্রে। খাঙহৈবগী গুণগা লোয়ননা ঐগী বা অমা অনীদং তাবিরিবা অসিগীদমক ভদ্রলোক পুন্নমকপু ধন্যবাদ তৌজরি। হন্দক্কী অসুক চাওথ্রবা জাতিগী সম্মিলনী অসিগী ঐনা স্বাগতকারী সভাগী সভাপতি ওইবা ফংজরিবা অসি ঐগী লাইবক ফবা নত্তনা অতৈ করিগুম্বা অমতা নত্তে। অসিগীদমক ধন্যবাদ তৌজরি। ঐঙোন্দগী হেন্না মতীক চাবা মী অমনা ওইরমদুনা থবক পুন্নমক অসি শিলম্বনবদি অসিদগী হেন্না মচু তারমগনি হায়না থাঙ্গৈমক শেংনা থাজজে। অরোয়বদা ঐনা লাওজনিংবদি হায়জখ্রিবা শিক্ষা ধর্ম্ম অমসুং জাতিগী উন্নতিগী মরমদা মণিপুরী অপুম্বগী মবুংঙো সভাপতি মণিপুরশ্বের মহারাজা ধিরাজগী সনা চরণদগী চেষ্টরকপা গঙ্গাগী পবিত্র ওইরবা ঈশিংগুম্বা কৃপা ঈচেন্দা তিনবিরিবা গুণ চেল্লবা মণিপুরী ভদ্রমোহদয় অপুম্বনা নীংথিনা স্নান তৌদুনা হরাওবা নুংঙাই য়াইফবগী লম্বীদা চৎননবা মহাসভাগী থবক মতোনলোম্বা ঐগী থম্মোয়দা মতম কুইনা লৈজরকলবা ৱাখলনি।

*শ্রীইরাবত সিংহ*

*স্বাগতকারী সভাগী সভাপতি*

---

*"নিখল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা" (১৯৮৩)*
*কৌবা লাইরিক্তগী অফোঙবনা য়াবিদুনা হাপচবা।*

হৌগৎলো নুপী পূন্নমক
নুপী কয়া নুপী লান্দা
সংগীন মাঙদা লেপখিদো
নুপী ঐখোয়বু হায়রনু অবলা
শান্নপোৎ ওইগনু নুপীগী থৱায়না।

— ইরাবত

# মণিপুরগী শান্নবগী চাউখৎ থৌরাং পুরকপদা ইরাবতকী থৌদাং

নোংমাইথেম রেবতী সিংহ

হিজম ইরাবত সিংহ মণিপুরদা মতমগা চান্নবা আর্ন্তজাতিক্কী ফুটবল অমসুং হোকীনচিংবা শান্নবগী চাওখৎনবগী হোংনবা লুচিংবা অমনি।

১৯২২ ইংগী জুন থাদা মণিপুরদা টাউন ক্লব হায়বা শান্নবগী সংস্থান অমা লিংখৎখি। মসিগী মমাঙদা মণিপুরদা শান্নবগী ক্লব অমসুং টিম মীয়ামগী ওইবা অমত্তা লৈরমদে। ইরাবত ক্লব অসিগী ফাউণ্ডর মেম্বর ওইখি অমসুং মশামকসু ক্লব অসিগী লুচিংবা শান্নরোই অমা ওইখি। ক্লব অসিগী গ্রাউণ্ড কালিমায়গী মন্দিরগী অরাং মণিপুর রাইফলগী গ্রাউণ্ডগী মখা থংবা মফম অদুদা ওইরমই। মফম অদুদা টাউন ক্লবকা লাম্বা পাদুনা শান্নবা মণিপুরদা অতৈ টিম লৈরমদে। টাউন ক্লবকা আসাম রাইফলসগী টিমগা শীংনদুনা মরক মরক্তা ফুটবল অমসুং হোকী মেটচ শান্নে: আসাম রাইফলসগী শান্নরোইশিংনা শউনগী খোঙউপ বুট তোংই। মখোয়গী বুট অদু অকনবা শউন্না তুবনি, হৌজিক্কী ফুটবল বুটগুম্না থোক্তে। টাউন ক্লবকী শান্নরোইশিংনা খোঙউপ তোংদে। শান্নবগী রুলসসু য়াম্না পৌই, হৌজিক্কী রুলগুম্না কুপশিন্দে অদ্না শান্নবা অমুক্তা শান্নরোইশিং মখোঙ মখুৎ য়াম্না শোক্লে।

১৯২৮ ইংদা মণিপুরগী ইহান হানবা ফুটবল অমসুং হোকীগী টোর্ণামেন্ট আসাম রাইফলসগী গ্রাউণ্ডদা শান্নবা হৌখি। ইরাবত টোর্ণামেন্ট অদুদা ফুটবল অমসুং হোকী শান্নবা য়াওখি।

১৯২৭ ইংদা মণিপুরদা অহানবা ক্রিকেট টিম অমা লিংখৎখি। ইরাবত টিম অসিগী অফবা শান্নরোই অমা ওইরমই। মহাক টেনিস অমসুং বেডমিন্টনগী অফবা শান্নরোই অমা ওইরমই।

ইরাবত কাংগী অফবা শান্নরোই অমা ওইরমই। মহাক কাংদা চেকফৈ তানবগী কাংফমদা শান্নে। মতম অদুদা ঝাংখৈগী কাংখুৎ অসি য়াম্না মমিং চৎলম্মী। মহাক্না মতম খরা ঝাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লৈবা মতমদা মহাক্না ঝাংখৈ কাংখুৎকী চেকফৈ তানবদা শান্নখি। মহাক্কী শান্নবগী ষ্টাইল য়াম্না ফজে, মীনা তম্নিংঙাই ওই।

মহাক শান্নবা পাম্বা নহারোলশিংবু শান্নবদা য়াম্না থৌগৎলম্মী: মতাঙ অসিদা পননা য়াই মাদুদি ১৯৩৬ ইংদা মণিপুর রাইফলসগী গ্রাউণ্ডদা হোকী টোর্ণামেন্ট অমা তৌখি। মতম অদুদা মহাক্কী চহী নিফুরোম শুরে অমসুং পঞ্চায়েট কোর্টকী মেম্বরসু ওই। পপুলার ক্লবকী শান্নবা থোকপা নুমিৎ অদুদা শান্নবা অদু হৌরমদাইদা মহাক্না পপুলার ক্লবকী অরাংবা ইউনিফোর্ম লিৎলগা খোংগ্রাও অককপা অমা উপত্নুনা খুত্তা হোকী ষ্টিক অমা পায়দুনা কালিমায়গী মায়কৈ অদোমদগী গ্রাউণ্ড মনুংদা চঙশিল্লকই। মাদু উবদা ভাবোকশিং ইঙক ঙক্লখি। মরমদি শান্নবা য়াওরিবা শান্নরোইশিং অদু চহী ২৪/২৫ গী মখা ঙাক্তনি। চহী নিফু শুবা শান্নরোই অসি গ্রাউণ্ডদা তান্নদ্রবনি। চুম্নগী নহারোলশিংবু শান্নবদা থৌগৎপদা নওনা শান্নরোই অমগী চপচাবা শান্নরমই।

---

*লৌথোকফম ঃ ইরাবত মেমোরিয়েল ট্রষ্টনা ফোঙবা "লুচিং পুরেল ইরাবতকী পাউজেল", দগী অফোঙবনা য়াবিবদগী ফোঙজবা।*

# নুপীগী ঈহৌদা ইরাবত

## টি. থোইবী দেবী

**হাহৌদোক ঃ**

ঐহাক জননেতা ইরাবতকী মরমদা থি-হুম্বগী থবক তৌজবদি নত্তে, অদুমকপু জননেতাগা মতম খরা থেংনজহৌবা অমদি তুংইনবা ওইজহৌবদগী মহাক্কী বা-ওাঙ, শা-ওাঙ অমসুং থাখনগী মওং খরা খঙজহৌবনা, মদুদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগচ্চবা থাখল্লি। হিজম ইবাবত নৌহৌননা অমুক শক তাক্লুবা চঙদ্রে, মরমদি মহাক্না পাঙথোক্লম্বা থবক থৌরম কয়াদুবু য়েংলুরগা মঙোন্দা, 'জন-নেতা' হায়বা তাঙলবা মিংথোনসি লৈবাক মীয়াম্না পীখ্রবনি। পৃথিবীসিদা লুচিংবা কয়া লাকখ্রে, কয়া চৎখ্রে, — কন্নানা রাজনীতিদা, কন্নানা সমাজ সেবাদা, কনা অমনা অকনবা তপস্যাদা। হায়রিবা গুণ খবসি জন-নেতাদা লৈবা উই। রাজনীতিনা মহাক্কী পুক্নিংনি, মরৈবাকপু নীঙ তমহন্নবা হোৎনবনা মহাক্কী মক ওইবা থাখনগী পান্দমনি। 'অফ ফত্ত ফল য়েংদনা থবক তৌ' হায়বা গীতাগী খোল্লাউদুনি, হায়বগী অর্থদি মীওইনা পোক্লবদি থবক তৌবা তায়। মতাঙসিদা থবক তৌবা হায়বসি, মহৌ তৌবা হায়বনি. হায়বগী অর্থদি মী খুদিংমক মাগী মাগী তৌফম থোকপা মহৌ পাঙথোক্কদবনি হায়বনি। ঐখোয়না মায়কৈ অসোমদগী য়েংলুরগা হায়নীংই, — জন-নেতাদি মাগী থবক থৌরম খুদিংদা মশাগী ওইজবনা মাঙ থাদুনা তৌখিদে, মহুত্তা মীয়ামগীদমক, লৈবাক্কীদমক সমাজগীদমক মশা ফাওবা পীথোকপা ঙমখি। মহাক্না নিঙতম্বগী শকখিবা য়াকাইরোল অমনিদং পঞ্জগে ঃ—

হৌরো, অৱাবা অহিংগী অমম্বা কোক্লুনা
থোরক্লে মাঙদা স্বাধিনতা নুমিৎ . . . ।

*অদুদগী অমুক লৌমী শিন্মীশিংগী থৌনা হাপ্পা ঈশৈ ঃ*

লাক্লো ইচিল ইনাওশা।
খুত্তা থাঙ্গোল লেংবান্দা লাঙ্গোল
কুম্লসি লবুক্তা . . . ।

*নুপীশিংগীদমক্তসু শকপিখি য়াকাইরোল ঃ*

নুপী কয়া লান্দা চৎখিদে . . .।

অসুম্না জন-নেতানা মীওই কাঙলুপ খুদিংগী শোল্লমদবা অমসুং পল্লমদবা য়াওদে। মসিমক্না মরম ওইদুনা মহাকপু ঙসি মীয়াম্না মণিপুরগী অমতা ঙায়রবা মীয়ামগী লুচিংবনি হায়দুনা ইরাচ্চরিবনি। মহাক্কুম্বা হীরম খুদিংদা মপূং ফারবা হায়বদি 'পার্ফেকটম্যোন' অমা মণিপুরদা পোক্লকপা হায়বসি ওইথোক্তবদি নত্তে, অদুবু খরদি লুনা থোকপা য়াই। জন-নেতাগী থাখল মখল মথেল শুই, নহাগী, অহনগী, নুপীগী।

*নুপীশিংবু সমাজগী অৱাংবা থাক্তা পুখৎপদা ইরাবত ঃ*

অৱাং নোংপোক ভারতকী চিদায়দা নাইতোম ঙাঞ্জরিবী, মদোম তরক লেপচরিবী স্না লৈবাক মণিপুর পীক্না মগুণ লৈবীনি। লমদম অসিগী নুপীশিংগী থৌনা শীংথানিঙঙাইনি। মীহৌরোন্দগী হৌনা ঐখোয়গী চনুরাশিংদি শা-লান্দা থৌনা ফরকই, শিবা কিদনা লানগী মাঙজীন থারকই। ঐখোয়গী চনুরাশিংগী থৌনাগী থারী ঐখোয়না থেংখাং কয়াদা তাখ্রে। মদুদি ইংশোক ১৯৩৯ গী 'নুপী লাল'। মসিগী মমাঙদসু নুপী লাল ১/২ তৌখ্রে হায়নসু তায়। মতাঙসিদা ঐখোয়না নৈনবা য়াবদি মতমদুগী নুপীশিংদু

হৌজিক মতমগী নুপীশিংসিগা, লাইরিক লাইশুগী মরমদা চাং দম্নরুরবদি য়াম্না শাথীনা খেন্নখ্রবনি। অদুবু থৌনা অমসুং লিং জেললোমদা য়েংলুরবদি মখোয়গা চাংদম্নবা য়াদে। অসুম্না ঐখোয়গী নুপীশিংসিদা য়াওজরিবা গুণশিদি পোকপদগী লোয়নরক্লবা গুণনি হায়বা য়াই। অসিগুম্বা পোকপদগী লোয়নরক্লবা গুণশিবু মপুং মরৈ ফানা শাৎকায়হনবদি হায়নিঙঙি — জননেতা ইরাবতননি।

ইরাবতকী যুগসিদা তুমদুনা লৈরম্বা চনুরাশিং মিকপ থোকখি। জন-নেতাগী য়াকায়রোম্না। গান্ধীজিগী অসহযোগ আন্দোলন অমসুং সত্যাগ্রহদা নুপী কয়া মাগুর্জীন থানা চঙখিবগুম, জন-নেতাগী লীচিঙ মখাদা তৌবা আন্দোলন কয়াদা ঐখোয়গী চনুরাশিংসু শরুক য়াখি। মসিনা নুপীশিংনা মহৌশা থন্নম্বা নুপীদি নুপাগী মখা পোনবীন, য়ুমলৈমা ওইনা লৈদুনা অঙাং য়োকপা অমসুং ইমুঙ-মনুঙগী থবক তৌদুনা লৈগদবনি হায়বা ৱাখনসিদগী লাপথোরক্তুনা নুপীসু লৈবাক্কী অমদি সমাজগী থবক থৌরম কয়াদা শরুক য়াগদবনি হায়বা ৱাখনসি পোকহনখি।

জন-নেতা ইরাবতকী যুগতা মণিপুরদা লৈরম্বা নুপীশিংগী সমাজগী থাকসি মহৌশা লৈরম্বা ফিভমদুদগী পংহোং-হোংলমদ্রি। হায়বদি হৌজিক্কী মতমগী ওইবিবা নুপীশিংগী থাক হায়বদি লাইরিক-লাইশু খরা মমিগ্না উবা ইয়াও য়াওনরমদে, মসিদি ভারত অপুম্বগী ওইবা ফিভম্নি। নুপী হায়বাসি ইমুঙদা লৈদুনা অঙাং য়োকপা অমসুং ইমুঙ-মনুঙগী থবক তৌদুনা লৈগদবনি হায়বা ৱাখল্লোনসি চৎনরম্মী। অসিগুম্বা অফা-অপুনগী ৱাখল্লোন কয়াসিদগী নাম্থোক্নবা হোৎনবদা, থোইদোক্না অনৌবা জ্ঞানগী মঙাল পীনবা হোৎনবদা জন-নেতা ইরাবতনা লৌখিবা থৌদাং চাংদম্নবা য়াই; বেঙ্গোলদা - রাজা রামমোহন রোয়, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, লোর্ড উইলিয়ম বেন্টিঙ্কটনচিংবা অচৌবা মীওই কয়ানা নুপীবু চাওখৎনবা হোৎনবদা লৌখিবা থৌদাংশিংদুগা। জন-নেতানা সভা সমিটি কয়াদা অনৌবা পাউজেল পীবা হৌখি, ঐখোয়গী সমাজ অসি চাওখৎহনবা তারবদি নুপীশিংসু চাওখৎহনবা তাবনি হায়বগী অর্থদি ঐখোয়না লৈরিবা সমাজ অসি নুপী অমসুং নুপা অনীনা পুল্লগা শারিবনি, অদুনা নাকল নামতা চাওখৎলগা চাওখৎলে হায়বা য়ারোই।

নুপীরোমদা হায়বিখি, — নুপী নহোয়না করিগীনো অসুক য়াম্না জ্ঞান তাদ্রিবা। নখোয়সু নখোয়না হিংলিবা সমাজ অসি মশক খঙগদবনি, সমাজদা নখোয়গী ফিভম করিনো হায়বা মুম্না খঙগদবনি, হায়রিবা হীরম কয়াসি খঙননবগীদমক লাইরিক তমগদবনি। পৃথিবীগী মফম খুদিংদা নুপীশিং পুম্নমক লাইরিক লাইশু হৈদুনা মাগী মাগী থৌদাং মশক খঙনখ্রে, মণিপুরনা করিগী শোখহৌগনি! অদুগা নুপারোমদসু ৱারকপিখি, — নুপাশিংনা নুপীবু করিগী হুম্বা মিৎয়েংনা য়েংবিগদৌরিবনো, ঙস্মী হায়বগী মতাগুম ওৎপি নৈবিগদৌরিবনো? মসিগী মঙ্গত্তা নুপা অমসুং নুপী অনী খুৎ শম্নুনা থোং মান্ননা চৎমিন্নরবত্তদা চাওখৎপা অমসুং ৱাত্ত-পাদবা সমাজ অমা হায়বদু ওইগদৌরিবনি। শম্না হায়রবদা লৈবাক ঈংনা, মরা তপ্না পানগে হায়রবদি নুপী অমসুং নুপা অনী খুৎ শম্নুনা থোং মান্ননা চৎমিন্নরবতদা চাওখৎপা অমসুং ৱাত্ত-পাদবা সমাজ অমা হায়বদু ওইগদৌরিবনি। শম্না হায়রবদা লৈবাক ঈংনা, মরা তপ্না পানগে হায়রবদি নুপী অমসুং নুপা অনী লোন্দিন্ননা লৈবা তাই, মদুতদা ইমুঙ-মনুঙ, সমাজ অমসুং লৈবাক শান্তি ওইনা পানবা ঙমগনি হায়বর্সিনি। অসুম্না নুপীশিংসি মশাগী দায়িত্ব মশক খঙহনবা লোয়ননা মশাগী অরাং অপা কয়া খন্ন-নৈনবা ঙমজনবগীদমক কম্যুনিষ্ট পার্টিগী নুপীগী মশা অমা ওইনা লিংখৎখি, — 'মণিপুর মহিলা সম্মেলনী', হৌজিক্না 'নুপী মরুপ' হায়না খঙনরে। অসুম্না জন-নেতানা নুপীশিংগী চাওখৎনবা অমদি য়াইফনবগীদমক থবক পায়খৎপা হৌখি।

*শেল থুমগী ফিভম ফগৎনবগী হীরমদা ঃ*

ঐখোয়গী মণিপুর হায়রিবা রাজ্যসিদি মহৌশাদগী হৌনা নুপীনা শু-নোমদুনা ইমুঙ-মনুঙগী খরচ তঙ্খায় অমদি পুরিবনি। খুঙ্গংগী লমদনা চেঙশু-ফৌশু অদুগা সহরদনা ইয়োং ফি হায়বদি ফিশা-লোনশানা মরু ওইবা শিনফম ওইনা তৌই। মরমসিদগী জন-নেতানা নুপীগী মরু ওইবা শিনফম ওইরিবা থবক্তি ফিশা লোনশানি হায়বিরম্মী। মহাক্কী খ্যায়দগী মমল লৈবা অমসুং তুং কোইনা লৈহৌবা থবক্তি — নুপা অমসুং নুপী অনীগী খুৎশুমল চাং মান্ননা পীগদবনি হায়বা দাবীসিনি। মহাক্কী ৱাখন্দা নুপী অমসুং নুপাগী থবক শুবগী পুং-শিংদি চপ মান্নে, অদুগা নুপীদনা

করিগী খুৎশুমন তানা পীগদৌরিবনো হায়বসিনি। মরমসিদগী লৌবুক্তা লৌ কুম্লিবী নুপী, কারখানাদা থবক শুরিবী নুপীশিংনা নুপাগা মান্নবা খুৎশুমনগীদমক দাবী তৌখি। থরমখেদি মহৈ য়ানখি হায়বা য়াই। বাফমশিংসিগা মরী লৈননা ইংশোক ১৯৩৯ গী নুপীলালগী মতেক অমতং পঞ্জগে। কোলদা চেঙ তকপা অমসুং মপান্দা থাদোকপনা প্রজা অয়াম্বা চরা হেনবগী ফিভমদা লাক্লে, অমরোমদনা খুৎনা শুজবা চেঙ তকপা য়াৎলক্লে। মরমদি মমনগী মতাঙদা খেন্নরকপনা; মসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী শেনথুমগী ফিভমদা শাথীনা শোকচিল্লকখি। অসিগুম্বা শেঞ্জাও পায়বশিংনো মখোয়না তৌনিঙবতা তৌবসিগী মায়োক্তা নুপীশিংগী ওইবা অচৌবা আন্দোলন অমা শেম-শাগ্রে, মদুগী পোরম য়াৎপনা জন-নেতানি। মসিবু মীয়াম্না ঙসি ফাওবা নুপী-লান হায়না খঙনরিবসিনি। অসিগুম্বা নুপী লালসিগী মহৈ য়ানখিদবদি নত্তে, মরমদি মসিনা মরম ওইদুনা মণিপুরদা চেঙ তকপা অমসুং মপান্দা থাদোকপা থিংখি। অসিগুম্বা লৈবাক্কী অমসুং মীয়ামগী থবক্তা লমর্জীং লমতাক পী হায়বগীদমক জন-নেতাসু অৱাবা ফংখিদবদি নত্তে। অদুবু মঙোন্দদি মশি অৱাবা ফংবগী মন্থত্তা মহাক্না তৌজরূবা থবক মহৈ য়ানবগীদমক নুং ঙাইবা ফাওজখি। মসিমক্কি গীতানা হায়রিবা 'কর্ম্ম তৌ' অফ-ফত্ত ফলদি মশানা লাকচগনি, হায়রিবসি।

*মীওইবগী 'হক'ঃ*

হৌজিক্কী মতমদা মীওইবগী 'হক' হায়বদি মীওইবগী অধিকার কন্নবা হায়দুনা মাগী মাগী কাঙলুপকী ওইবা সংস্থান ফাওবা লিংখৎনদুনা অকনবা খোঙজঙ চঙশিন্নরি। হায়রিবা মীওইবগী 'হক' হায়বসিদা নুপীগী 'হক' অমসুং অঙাংগী 'হক' সু য়াওরিবনি। অদুবু ইরাবতকী যুগতদি নুপীশিংসি হৌজিক্কী মতৌগুম্না মশাগী হকনচিংবসি কয়া মুন্না খঙনরমদে, অদুবু জন-নেতাদি হায়রিবা হকশিংসি মুন্না তাকপিখি অসুন্না, — নখোয়সু মীনি, নখোয়গীসু অধিকার চপচানা লৈ হায়বদি ভারতকী নাগরিক অমনা ফংলিবা অধিকার পূন্নমক ফংফম থোকই। অমুক্তা হেন্না তশেংনো হায়রবদা, নুপা অমনা ফংলিবা 'হক' তু নুপীসু ফং গদবনি, শম্না — হায়রবদা নুপানা নুপীগী মথক্তা ওৎ নৈবা অমসুং তাথী তাওইনা তৌবিবা হায়বসি নুপীগী 'হক' মাঙজবনি, মসি ভারতকী সংবিধান্না য়াবা নত্তে; অমরোমদা ঐখোয়গী হায়বদি ভারতকী, সংবিধান্না নুপা অমসুং নুপী অনীমক্কী চপ মান্নবা 'হক' পীরি, মরমসিদগী নুপীশিংনা মশাগী হক তাঞ্জবদা কনাবুসু কিফম থোক্তে হায়বনি। মসিগী মিৎনা উবা প্রমাণ তৌনবগীদমক, ভারত সরকারনা থৌনা ফবগী মনা পীগ্রবী সবী দেবীবু, য়াংখৈ কেন্দ্রগী নুপী-মীরেপ ওইনা ইহান হানবা মণিপুরগী ইলেক্সন্দা থাগৎখিবনি। হায়রিবা থৌওংসি সবীনা শোয়দনা মীখন্দুদা মায় পাক্লগনি হায়দুনা থাগৎপা নত্তে, নুপীসু মীখলদা লেপ্পা য়াই হায়বদি লেপ্পগী হক লৈ হায়বা উৎননবনি।

অসুন্না জন-নেতানা তাকপিরম্বা থৌওং খরসিবু নিঙশিং জরুবগা মহাকসিবু তুংদা থোক্লক্কদবা থৌদোক কয়া লাপ্পা উবা ঙম্বা মী-থোইরবা লুচিংবা অমনি হায়দবা ঙম্লোই। লমদম অসোমগী ওইবা তোপ তোপ্পা য়েংলুরগদি, মহাকসি লাইপোকমক্কি হায়বা য়াই। মরমদি মহাক্কুম্বা মশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙম্বা মীওইসি ঙসি ফাওবদা ইয়াও য়াওখিদ্রি হায়বা য়ারি। জন-নেতাগী অসিগুম্বা থবক থৌরম কয়াসি য়েংলুরগা মহাক্কী মফমদা ইকোক নোঙবা নত্তনা অতৈ করিসু কচ্চনিঙাই লৈজদে। মহাক্না পায়খৎলম্বা থবক থৌরম কয়া লোইশিনবদা মতেং পাংজবনী মহাক্কী তৌবিমল খঙবা উচ্চগে।

---

*লৌথোকফম ঃ ইরাবত মন্থ সেলেব্রেশন কমিতিনা শীন্দুনা সেপ্টেম্বর ১০, ১৯৯৫, ষ্টেট মুজিয়ম, ইম্ফালদা পাঙথোকখিবা সেমিনারদা পাখিবা পেপরনি। য়ারেং ইবী মশানা য়াবিবদগী ফোঙজবনি।*

# চাসাদকী তেজবাৎ পাম্বী

## (ইরাবতকী ৱারম খরা য়াওবা লমকোই ৱারী)

*[ৱামাঙ য়ানবা — খাইদেম প্রমোদিনী দেবীনা ইবা লমকোয় ৱারী অসিদা ৱারেং ইবীনা চাসাদতা চৎপা খোঙচৎ অমগী মরমদা ফজনা শৈথারী। চাসদাতগী অমুক ব্রহ্মাগী ঙমখৈদা চৎলি। লম্বীদা চৎনা চৎনা ব্রহ্মাগী ঙমখৈ য়ৌরকপদা চৎমিন্নরিবা পাখং অমনা ইরাবতনা লোৎলম্বা মফমদো য়েংনিংব্রা হায়না হৌদোকলকই। য়েংনীংই হায়বদগী মফমদুদা চত্নুনা খুলগী অহল ওইরবী ইমা লৈশীংলাগী মফমদা ইরাবতকী মরমদা ৱারী লীবিনবা হায়জৈ। ইমা লৈশীংলানা লীরকপা ৱারী মতেক অদু মখাদা উৎচরি— 'চাসাদকী তেজবাৎ পাম্বী' হায়বা শরুক অসি অইবীগী লাইরিক "তোৰ্খুংগী তেরা পাম্বীদা শাৎপা মৈবুল" দগী অইবীনা য়াবিদুনা লৌথোকচবনি]*

"ঐ খরা চৎখৎলমগে। ইচেখোয় ময়াম চা থক্নবা থবনবা খুল অসিদা শিল্লমগে।" হায়রম্লগা বি.ডি.ও. চখৎখরে। ঐখোয় ময়াম ঙহাক পোৎথারবা তুংদা চৎপা অমুক হৌবে। খরা চৎলগা পাখং অমনা হায়রকই — ওজানি ইরাবতনা লোৎলম্বা মফমদো খঙনীংবরা? য়েংনীংদরা?

ইরাবোত করম্বনো? কনানো?

নেতা ইরাবোত নঙ তাদ্রাও? খঙদ্রাও হা ওজানি?

খঙঙে। য়াম মুন্না খঙব্রপোৎনি। নেতা ইরাবততো মঙোন্দা ঐনা খুড়াইবুংঙো কৌই। মতম অমদা ঐনা ছাত্রী ওইরিঙৈদা মখোয়গীদা চাকফাও চারকইবনি। খুড়া ইবুংঙোনা ঐবু য়াম লুনা তৌরম্মে।

অদুদি মানা লোৎলম্বা মফমদো ঐদি য়াম মুন্না খঙবনে। চৎলুসিদো।

বি.ডি.ও.গী ৱা য়াওদনা চৎপা য়াদে। চৎলবসু মাগী ৱা অমা তারগা চৎসি।

ওজানি নঙ বি.ডি.ও.বু য়াম কিবরাও? য়াগনি শোয়দনা ওজানিনা য়েংনীংঙিবু হায়রদি।

কিবগী ৱা নত্তেদা। মাগী মরমদা লাক্লদি মাগী অয়াবা ৱা লৌফম থোক্ত্রাও?

অদুবুদি চুম্মীনে ওজানি।

বি.ডি.ও. ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্মী। হেক য়ৌবগা ৱাফমদু তায়। মাসু হরাওনা ইরাবতনা লোৎলম্বা মফমদু য়েংসি হায়বা য়ারকই। মফমদু তান্না ঐখোয় চৎলি। বি.ডি.ও. না লমৰ্ঙাংঙি। নুপী অঙাং অহল লমন খরা খুল অদুদগী য়াওই। ঐখোয় ১৪/১৫ শুনে চৎলিবদু। নোক্নুনা ৱারী নুংঙাইবা শা শারদুনা চৎলি। খরা অকা অকুম তৌরগা লোকমায় অমা লানথোক্লগা থেল অমা লৈরম্মী চীকই ঈংঙি লমদমদো চীংমায়দো। লোকমায় অদো তেজবাৎ পাম্বী নত্তনা অতৈ অতোপ্পা উপাল হৌদে।

ময়াম্না ইমা লৈশীংলা নওনা নেতা ইরাবোতকী মরমদা উহৌবা তাহৌবা মখৈ ইচেদা তম্মো ঐখোয়সু তারগে। ইমাবু ঐখোয়না চৎসি হায়না পুরকপদি অসিগীদমক্তনে।" হায়রগা ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্তুনা "ইচেনা খংনীংবা মখৈসু তংহৌরো" হায়রকই।

লৈশীংলানা পম্বা তৌদনা ৱারী লীথবা হৌরকই। "ইচা নুপী, ইরাবত অদো মশক ফৈয়ে। ঙৌসু ঙৌয়ে। মশম অদো জ্বায় জ্বায় তায়। মানকো মহাক মফম অসিদা হায়বদি খুল অসিদা লৈ হায়বা মীঙোন্দা মী অতোপ্পদা তাকথোক্নু হায়না ঐখোয়দা হায়কো। ঐখোয়সু তাকথোক্কে! কনামতসু খঙখিদে। ঐখোয়গী খুলনা মাবু য়াম্না নুংশিবনিনে। খুলনা মাবু চাবসু থাকপনে। য়ুম্নাক খুদিংদা মাগী চরা হুনবনি মথং মনাও নাইদুনা। ঐখোয়দি মাবু

ঐখোয়গী খুল অসিদা লৈহন্নীংবকো। অদুদা —"

"মখা লীথবিয়ু ইমা"

ইমা লৈশীংলানা হায় — "নেতা ইরাবতনা পায়রম্বা, য়াম্না মহাক্না পামজরম্বা পোৎ, নহারোল অমদি অঙাংশিংনসু পামজখ্রবা।"

করি পোৎনো ইমা?

অদুবুরাও উপু অখোংবী। মাই উপু অখোংবীদু পানখৎলক্লবদি মাগী মনাক্তা মীনা পুময়োম। কনাই নুপী, অঙাং, অহল খাক্তে। খোইরেন মশা পানবা পাইবসি মঙাই অমুক্তোইবা।

ইমাদি তৌনবিবা ময়ামদু উহৌবরা? মীনা তমদুনা তাবরা?

উহৌবতা নত্তেনে। য়েংলিবনিনে ইশা য়াওনা ময়াম লাঙবদুদা য়াওবিবা যাওরিবা। উপু অখোংবী অদুদা ঈশৈ নুংশি নুংশিবা শক্রুকপসিদি করি হায়নি ইচা নুপী করিদা থাগনি কবিগা পাগনি? ফজখ্রে নুংশিগ্রে! ইরাবতনা ময়ামদা ফম নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবদো। ময়ামদুগী মায়থোঙ মানা য়েংজবদো হবাওজবদো। নুপাদো নুংশিগ্রেদা! কাউবা য়াদেনহৈ ইচানুপী।

ইমা নেতাদুগী ইমানা খঙবা উহৌবা অদুনা লোইরবরা? লোইদ্রি, কদায়দগী লোইগদগেনে।

মখা ঠাথবকই — উপু অখোংবী অদু মানা চৎপা মফম খুদিংদা পুই। মাগী কোলোম মুক্তাবী অমসু লৈ। মদুনা লমহাংদা, মোংশোংদুদা লোৎপা মতমদা উখোঙ ৱাখোঙনাক্তা ফমদুনা ইবদি লেপতে হায়। নাইরিক ইবদি উহৌদে মীনা তম্বদে তাবনি। অয়ুক নুংথিলদদি মা খুল মনুংদা যুমদা লৈতে। ঙন্তানা চাক চাথোক্লগা কলম চে, উপু অখোংবী, ঘরী পুদুনা চৎখি। মাগী ঘরীদি নহোয়না খুদাংদা শিরিবা অদুগুম্বা নত্তে। মবী অশাংবা অমা পাল্লি। ফুরিৎতা য়াক্লে হায়রগা থবাক্তা পানবা ফুরিৎখাওদো অদুদা হাপ্পী। মখোয়না হায়নবা তাবদা ঘরী অদু জেব ঘরী হায়। খুদাংদা শিবনা খুদাং ঘরী, ফুরিৎখাওদা হাপতুনা পুনরিবা ঘরী মমিংনা জেব ঘরী।

মাদি নুমিৎ তাদ্রিমখৈ য়ুমদা হনজিল্লক্তে। নুমিৎ তাবগী মন্নি মন্নিবা মতম অদুৱাইদা হেক হেক হনজিল্লকই। মাগী অয়ুক নুংথিলগী লৈফমদি মনাপুংবা তেজবাৎ পাম্বীগী মখোঙদনি মরুমদনি। মাবু নুংশিবনা হেনখিবনা ঐখোয়গী খুলনা শেল পামখিদেদো ইচানুপী। মতম অদুদা নেতা ইরাবতপু ফানবা মরী মখোঙ তাকপা ঙম্বা মীদা লুপা লীশীং ১০ পীগনি হায়না সরকারনা লাউথোকখিবনি। অদুবু ঐখোয় খুলদা লৈবা মীওই অমতনা লুপা লীশীং ১০ পামখিদে মাগী লৈফম তাকখিদে।

থরা লৈরগা থা ৩/৪ গী মতুংদা নোংমা নুংথিল অমা নুমিৎ তাদ্রিঙৈ মমফাৎত্রিঙৈদা হল্লকই মহাক। অহল লমন ২/৩ কৌশিল্লগা মহাক্না হায় — ঐ খুল অসি থাদোকপা তারে। ঐ মসিদা লৈ হায়বসে মী খঙনরক্লমাল্লে। ঐ পম্বৰা য়াদ্রে খুল হোংবা তারে। অসুম্না হায়রল্লগা নোং ঙাল্লকপা মতমদা মহাক মহাক্কী লৈফমদা লৈরমদ্রে। মপোৎ মচৈ মখৈসু অমতা লৈরমদ্রে।

নোং ঙাল্লগা খুলগী মীয়াম হুপ্না ৱাদি ঙাঙথোক্তনা মাবু কোয়থি থিখি। মাগী পোৎথাফম লৈফম তেজবাৎ পাম্বী ঙাক্তা হৌবা লোকমায়গী চীংমায়দুদা হন্না হন্না উশা হাইদোক হাইদোক্তুনা থি। অদুবু ফংবা কৌবা লৈখিদে। অসুম্না নেতা ইরাবত অদো মফম মরাঙ খঙদনা মাঙখিনে।

ৱারী পুন্নমক তাবা লোইরবা মতুংদা ব্রহ্মাগী ঙমখৈ য়েং লুরসি হায়দুনা ঐখোয় অমুক চৎপা হৌরে। বি.ডি.ও. না হায় — আদগী উরিবা চীংদোং মচা অসে অসিদা লেপ্লদি ব্রহ্মাগী ঙমখৈ লোইনা উবা ফংলগনি। মতেক খজিক্তনি। ইচে ৱাবরা?

ৱাদে। ঙাইখো অমুক্তা লেপখো। ৱা অমতা হায়খিগে।

করি ৱানো?

ঐদি তেজবাৎ পাম্বীশে য়ুমদা থারুনবা অমতং ফুকনীং ঙিনে। য়ারোইদ্রাও?

য়াগনি। ফুকসি হল্লকপদা। ঐখোয়না হল্লক্কদৌরিবা লম্বী অসোমদনি। অতৈ লম্বী অতোপ্পা অমা লৈতে। হৌজিক্তগী ফুক্লবদি পুবা ৱাগনি।

ইমা লৈশীংলানা হায় — ঐনা ইরাবতকী ৱারী লীবদা অমা চিংথহৌরে।

ঐনা হংঙি — কৈনো ইমা?

অদুবুরাও সিনিমা। ইরাবত চৎখিবা মতুং চহী ২/৩ ওইগদরা কাউবু কাউথোকখেরে। নোংমা পাখংশিংনা শা থিবা চৎপদা আ লোকখাদা তারম্বী হায়দুনা পুরকপা মচেৎ খরদু ইরাবতকী উপু

অখোংবী অদুগী মচেৎ মাল্লি হায়নখি। ঐমক্তি উহৌদ্রে। ময়াম্না ঙাঙনখিবনি। খরা অমনা হায়মা কৈনা চাদুনা শিরম্মনি। খরনা হায় মহাক ব্রহ্মা য়ৌরম্মনি। চীং অঙম্বা কাবদা পুবা ঙমদদুনা হুন্দোক্রম্বা ওইরমনি। মানা য়াম্না পামজনা পুজবনিদা হায়না ময়াম্না শোন্নখি। মহাকপু শিরম্মদ্রা হিংলমখিগদরা খঙদ্রেদকো ইচানুপী। অমম্বা অমা ওইদুনা লৈরবনিকো।

ব্রহ্মাগী ঙমখৈ য়েংলে। মিৎনা তাম্বা লমদম য়ৌথ্রি। বি,ডি,ও, না লোক অসিনা মণিপুরগী ঙমখৈনি। মসি হেক লাম্থোক্লগা হায়গৎখ্রিবা অসিনা ব্রহ্মাগী ঙমখৈনি। ব্রহ্মাগী লমনি। আদা য়েংঙো অসোমদা খুদোনবী থিনদুনা তাকই — অরংবা তারাগুম্বা অমা উরিসে মসিনী ঐখোয়না নিংথি তুরেল হায়বদো।

ঙহাক য়েংলবা মতুংদা হল্লক্লে ঐখোয়। ঙসাইগী তেজবাৎ হৌবা চীংমায় অদোমদা। চৎলিবা পাখংশিং অদুদা ঐগী তেজবাৎ পাম্বী হায়বদো ফুকপীরোদনা। মদু তাবদা অমনা ওজানি কাউরমগদ্রা খনবনি কাউদবোরে হায়রগা মখোয় ময়াম চঙদুনা ফজবা পাম্বী কোয়থী থি। অদুগা ফজবা নীংথিনা মনা পুংনা পানবা তেজবাৎ পাম্বী অমা ফুকপীরে। তম্পাক্তা থাবা হৌগদ্রা হুংবদা অমনা খুন্নকই — ওজাগী চীং মচা অমা শেম্লগা থাও। মখোঙ ঈশিং চঙলবদি শিখিনী। মখোঙ ঈশিং তুংহন্দ্রগা লোইরে। মথন্ত হেক্তা হৌজগনি।

অসুম্না ঐখোয় ঐখোয়গী লৈফমদা তেজবাৎ চারা অদু পুদুনা হল্লক্লে। পুরক্লিবা নুপা অদুনা লা অশংবা অপাকপা অমদা লৈখোম অপেৎপা শেম্লগা তেজবাৎকী মরাদু ফজনা য়োমশিল্লে। মথক্তা বোরা শেগায়বনা অমুক য়োমশিল্লে জিব গাড়ীদা পুবা য়ানবা শেমলে।

ইম্ফালদা হল্লক্লে। চীং মচা অমা শেম্মু হায়বদু ঐ নীংশিং ই। মহোয়না হায়রকপা মতুং ইনা থোল্লি শেম্মি লৈপুঙ মচা অমা তেজবাৎ পাম্বী অদু থানবা। মখোঙ ঈশিং তুংদনবনি মখোঙ ঈশিং চঙদনবনি। থরায় য়াওনা থাই। তেজবাৎ পাম্বীদু থাবা মতমদা নীংশিংঙি খুড়াইবুংঙো। খুড়াইবুংঙোনা ফক্তা ফম লাইরিক ফাল অমদা লাইরিক ইবদো। লিথোদা নম্নবা স্টেনসিল পেপরদা ইবদো ফজবা মখুৎ অদুনা মচা তানা ইবদো। খুড়াইবুংঙোগী নুপী সনাইবেম্মা খোমদোনসনানা পীজখিবা হরাইজার চগেমপোম্বদো। খুড়াইবুংঙোগা ঐগা মায়োক্লনা মখোয়গী মাঙোল মচাদা ফম নুংশা য়াইদুনা চামিন্নখি পুন্নমক মথং মথং নীংশিংবগী পরেংদা হৌনদুনা লাকখি।

হৌজিক্তি তেজবাৎ পাম্বীদো চাউরে। মপুং মরৈ ফারে। পাম্বীদু হেক উবদা হেক্তা নীংশিংই খুড়াইবুংঙো। নীংশিং খুদম ওইনা থাজখিবনি পাম্বীদো। হৌজিকসু হৌরি পাম্বীদো মনা পুং না। হৌখ্রবা রাবী কয়াগা ঈবোয়নরবা পাম্বীনি। ঐনা শিখ্রবসু তেজবাৎ পাম্বীদি হৌহৌখিনি ঐগী ইংখোলদা। পামেল উপাল মাদি লেপহৌখিনি। ঐগী চাসাদ খোঙচৎকী তেজবাৎ পাম্বী।

*(লৌথোকফম ঃ খাইদেম প্রমোদিনীনা ইবা "তোর্বুংগী তেরা পাম্বীদা শাংপা মৈবুল', ১৯৯৩। অইবীনা য়াবিবদগী হাপচবা।)*

ঙসি ফাওবা ঐখোয়না
ইমা মশক খঙদরি
ইমা মশক খঙদবনা
অরাবসু কোক্তরি।
— ইরাবত

# হিজম ইরাবত সিংহগা মণিপুরী ড্রামাগা লৈনবা মরী

**অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ**

চীংলোন কয়ানা কোয়শিনখিবনা লম্বী-থোংগী খুদোংচাদবা মরমদগী পৃথিবীগী অমদি ভারতকী মফম কয়াদা চৎলকপা-হোংলকপা যুগকী ঈরাং মণিপুরদদি খরা তপ্পপ চঙলকই। ইং-শোক ১৭৫৬ তা কলিকাতাদা ষ্টেজ শেমদুনা নোংচুপলোমগী থিয়েটরগী মওঙসি শান্নবা হৌখ্রবসু, মণিপুরদদি ইহান-হানবা ওইনা মসিগী মওঙ চপমান্ননা ইংশোক ১৯০২ দা মহারাজ স্যার চূড়াচান্দ সিংহ সি,বি,ই, কে,সি,এ, আই, না "প্রভাস মিলন" কৌবা লীলা অমা বাংলালোন্দা শান্নহনখি। মতুংদা ইংশোক ১৯০৫ দা বাবুপাড়াদা হৌজিক হৌজিকসু লৈরিবা মণিপুর ফ্রেণ্ডস ড্রামাটিক ইউনিয়ন হায়বা পার্মেনেন্টে হোল অসি বাঙ্গালী ভদ্রলোক থরনা কন্না হোৎনদুনা শাখি।

হায়রিবা হোল অসিদা বাঙ্গালী লোন্না লীলা পূম্বা শান্নরবসু মৈতৈ মচা কয়া লীলা অয়াম্বদা পার্ট লৌই। মসিদা য়াওখিবা মরু ওইবা মৈতৈমচাশিংদি — চিংঙাখম ময়ূরধ্বজ সিংহ, রাজকুমার বীরচন্দ্র সিংহ, নোংমাইথেম থানিল সিংহ, হিজম ইরাবত সিংহ অমসুং ডাক্তর লাইশ্রম কীর্ত্তি সিংহনি। মখোয়সি চুম্নগী পার্ট মচা মচাদা কুম্বা নত্তে। মপূং ওইবা পার্টসিংদা কুম্মী। "রাণী দূর্গাবতী" লীলাদা হিজম ইরাবত সিংহনা (১৮৯৬-১৯৫১) নুপীগী অথোইবা পার্ট 'রূপমতী' হায়বদুদা কুম্মী। মতমদুদদি নিপানা নুপীগী পার্ট ঙম্নমক শাই।

মসিদগী ঐখোয়না খঙই হিজম ইরাবত সিংহদি য়াম্না নহা ওইরিঙৈদগী ড্রামা পাম্বা অমদি ড্রামা হৈবা মীশক অমা অদুম ওইরকলে। মতমদুগী লীলা পূম্বা বাংলা লোন্দা ঙাক শান্নবনা ভাবোকশিংনা মীৎয়েং অমদা লীলা য়েংনরম্মী। হায়বদি, লীলা নুংঙাই নুংঙাইতে হায়বদু থম্মোয়দা ফাওরবসু লোনগা চুননা মফম-মতমগী আর্ট এক্টিং ফজব্রা ফজদব্রা হায়বদুদি কন্না ফাওবা ঙম্নদে হায়বা য়াই। অদুনা লীলাদা কুপ্নিবা মীশকশিংবু 'ফজৈদনা' হায়বদগী হেন্না 'হৈথ্রেদা' হায়বদুদি কয়া পন্নদে।

মথংদা মৈতৈলোন্দা লীলা শান্নবা হৌরক্লবসু বাঙ্গালীগী খোম্থোক্তা, বাঙ্গালীগী শওঙ-শাদাদা অদুম শান্নবনা শারিবদু চুশিন্নব্রা চুশিন্নদব্রা হায়বদু থোইনা ময়েক শেংলমদে। মমৈথংদা ইংশোক ১৯২৫ গী এপ্রিলগী তাং ৩০ দা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহগী "নরসিংহ" কৌবা লীলা অমা মৈতৈগী চপচাবা খোম্থোক্তা শাজস্তা ফিজেত্তা স্যার চূড়াচান্দসিংহনা শান্নহনখিবদগী আর্টিষ্টশিংগী মগুণ ময়েকলানা খঙনবা হৌরকলে। হায়রিবা লীলাসিদা হিজম ইরাবত সিংহনা মরৈবাকনীংবা মচা 'কুমুদ' কী পার্টতা কুমখি। মসিদগী মহাক অসি ড্রামা চঙখোম্না হৈবা অমনি হায়বা লৈবাক শীন্না খঙনখি। মথংদা চূড়াচান্দ মহারাজনা **"গর্দ্দভ লইয়া নাকাল"** হায়বা বাঙ্গালী বারীদু মৈতৈলোন্দা ড্রামা ওইনা শেমদোক্লুনা গোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা শান্নহনখি। লীলাসিদসু ইরাবতনা গাধা মপুগী মচানিপাদু শাখি।

মতুংদা য়াইস্কুলদা লৈবা শ্রীঙাংবম শ্যামকিশ্বর সিংহগী মমাঙ শঙ্গোয়দা ষ্টেজ শেম্নগা শূমাঙনা ভাবক্কী ফমফম ওইদুনা লিং খৎখিবা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্দা অহানবা টিকেট লৌদুনা শান্নখিবা শরোখাইবম ললিত সিংহগী "অরেপ্পা মরুপ" হায়বা লীলাদা ইরাবতনা চন্দ্রসিংহগী পার্ট লৌখি। পার্ট অসিদা অঙকপা ফংনা ফজনা শাখিবনা ঙসিফাওবদা উহৌবা কাঙবুনা — রজনীনা লুপা ২০০ (চনী) পীয়ু হায়দুনা তাল্লক্লবদা পীনীংঙাই লৈতদুনা চমম্লবা খোম্থাঙদা চন্দ্রসিংনা 'লুপা চনী চনীঃ হৌজিকপু কদায়দগী! চনী নত্রবদি রজনীখোয়দা চঙবা য়াদ্রবা!' হায়না লম্মেলদা চৎখিবা ফিভম-খোম্থোক কাউঙমদনা নীংশিংনরি। অদুগা

কাউবা য়াদ্রবা ৱাফম অমনা — নোংমা চূড়াচান্দ মহারাজনা মথক্তা হায়রিবা লীলাসি স্না মীৎয়েং তাবিনি হায়না স্না য়াথং তাকপিরক্রবদা, লীলা শান্নগদবা অয়ুক্কুদা অরুবা মরম অমা ওইনা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী লুচিংবশিংনা কুইনা খন্নরবা মতুংদা রাই অমা তানখি, মদুদি— চন্দ্রসিংনা রজনীগী য়ুমদা কোয়বা চৎপদা মতমদুগী মৈতৈগী হৌনবী মাঙ্গোলদা মোড়া অমদা, ফৈজোম কুঞ্জা কাওদুনা, খোঙ না-ম অতোপ্পা খোঙগী ফৈথক্তা থাঙ্গত্তুনা শরৈ-অশাংবী অমদা হীদাক থকপদু শ্রীযুৎ মহারাজ লেঙশিল্লবনিনা থৌগল্লোন কায়বা থোকই; অদুনা মদু পূম্নমক তোক্তুনা চুম্নতা ফক অমদা ফম্প্রেক্লনা ফম্বা তাই অসিনি। ময়াম্না খন্নবসি ইরাবত সিংহ থোইনা য়াওদে, খরা থাপ্লপ মোড়া অমদা ফম্নগা হৌজিকমকসু মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্না শীজিন্নরিবা 'এমব্রেম' লাঙ্গোল অনী কারল চৎলগা মরক মরক্তা এমঃডিঃইউঃ থাবসি কুৱাউ মচেৎ অমদা খুজিনথাঙনা হক্তুনা শাবা লা-ক্লদুনা লৈ। ময়াম্না শিন অদুগী বারোল মথক্তা পনখ্রিবা অদুম্না তা-নরবদা ইরাবত সিংহনা ফিংনা হৌগৎলগা হায়রকই, 'অদু ওইববদি ঐ হোরেলগী লীলাসি য়াওরবোই, কনানো অমা ঐগী পার্ট চন্দ্রসিংসি শাহল্লো।' মসি তাবদা ময়াম্নক তুমিন তুমিন্না লৈনখ্রে। ইরাবতনা মখা তানা হায়রকখি -- 'লীলাদি লীলানি। সমাজগী কলচর অমদি ফিভমনচিংবা উত্তুনা অফ-ফত্ত নৈনফম্নি। মদু ফাওবদা নীংহন-চারবদি ঐ লীলা য়াওজররোই।' অসি হায়রগা ফূক হৌগত্তুনা চৎনবা থৌরাং তৌরে। হোরেল নুমিদাংমক শান্নগদবা লীলানি; অদুগী মথক্তা লৈবাক্কী নিংথৌনা য়েংল-গদৌরিবনি, করিনো তৌগদবা। ময়াম্মক য়াকুমদুনা হান্নগীদু কায়দনা উৎপদা য়ানরে। উৎপসু অদুম উৎখি। মথংদা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্না চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ সিংহগী মমাঙ শঙ্গোয়দা হোংলবদা "দেবলা দেবী" লীলাদা বলদেবগী পার্ট লৌখি। পার্ট অসিসু অচুম্বা পাম্বা মরৈবাক নীংবগী পার্টনি। শক্লা ফজবগা, আজমেরী কোইয়েৎ য়েত্তুনা অকন অথৌগী ফীজোন শেৎলগা ষ্টেজদা কুম্লকপদি অয়েংবা ভাবক্কী মীৎফম হোংবা য়ানদে। অদুগী মথক্তা আর্ট এক্তিংদা অসুক্কী মতৌক চুশিন্না তৌখ্রে; লীলানি হায়বদু কাউনহনবা ঙম্মী।

অসিদসু নত্তনা শান্ন-খোৎনবগী লমদসু ইরাবত সিংহ মমিং লৈবা মীশক হায়বদু ওইখি। কাং শান্নবদা মহাক য়াওই হায়ববদি ভাবক্লা পীক থল্লি। অসুম্না মথক্তা খরদংতা অদুক পাল্লিনা ৱারোলশিং অসিদগী অদুম উবা ফংই — ইরাবত সিংহগী তুংগী পুঙ্গীগা মরী লৈনবদা ড্রামাগী মতেক খরদংগী খোঙচৎনা কযামুক কল্লবা ইথিন পোকহনখিবা। নহা ওইবিঙেদদগী চেল্লক্রবা মরৈবাক মজাতিবু য়োকখৎকে খনবা বাখন্দু লাইনিক্তা খঙদে, স্পোর্টসতা খঙদে, ড্রামাদা খঙদে, অদুম ফোঙদোরক্লবা মণিপুরগী কাউনরোইদবা লুচিংবনি হিজম ইরাবত সিংহ।

*লৌথোকখ্রম : "সাহিত্য", ৬৬/৬৭ শুমা অপুনবা মশীং, ১৭ শুমা ভোল্যুম, মে ১৯৮৭। অফোঙবনা য়াবিনদগী।*

**হৌরো, অৱাবা অহিংগী অমম্বা কোক্তুনা**
**স্বাধিনতাগী নুমিৎ থোরক্লে মাঙদা**
**মরুপশিংগী থৱায়না তত্তনা কৌরক্লে**
**য়াকায়ররে নঙগী থোঙজিনদা।**

. . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . .

**থোঙ লোন্দুনা মঙ তমদুনা**
**তুমখিদরা তুমখুম হুন্না।**

**— ইরাবত (ঈশৈ)**

# ইরাবতকী লৈবাক নীংবা ঈশৈ

বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মা

মালেম অসিদা হৌরকখিবা বিপ্লবীক আন্দোলনগী অহানবা য়াকায়রোলদি দর্শন অমদি সাহিত্যদগী হৌই হায়বা য়াই। ফাওরবা রাজনৈতিক দর্শনীকশিং-লোক, রুসো, ভোলটায়ার-নচিংবনা ইং ১৭৮৯ গী ফ্রেঞ্চ রিভোলুসনগী য়াকায়রোল শরখি। মখোয়গী অইবা কয়ানা প্রজা মীচমগী থম্মোয়দা তূমদুনা লৈরম্লবা নীংতম্বগী শক্তি য়াকায়হনখি।

ভারতকী নীংতম লালহৌগী মতাঙদসু অসিনি। ঋষি কবি বঙ্কিমচন্দ্র, বিশ্ব কবি রাবীন্দ্রনাথ ঠাকুর, কবি নজরুল ইসলাম, প্রেমচন্দ্র, সুব্রমনিয়ম ভারতীগুম্বা কবি, উপন্যাসকার, লেখক-শিংনা মতম অদুগী বৃটিশ সাম্রাজ্যবাদগী মায়োক্তা মীচম প্রজাশিংগী থম্মোয়দা নীংতম্বগী বাখল-মৈরা চুবা হৌখি। বঙ্কিমগী 'আনন্দ মঠ' উপন্যাসতগী পোকখিবা **'বন্দে মাতরম'** না ভারত নীংতম লান্‌মীশিংগী চান্দা পকতুনা লৈখ্রবা মন্ত্র অসি শোনদুনা নীংতম লান্মী কয়া কয়া মরৈবাক্কী নীংতম্বা ফংনবগী লানজংদা বৃটিশ সরকারগী মখূত্তা মথরায় থাখি। বিশ্ব কবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর ঈশৈ **'একলা একলা চল, যদি তোর দাকছে কেওং না আছিলে তবে কেলা চলরে'** (নঙনা কৌবদা কনা তাদ্রবদুদি নদোম চৎলুনা) হায়বা ঈশৈ অসিনা তূকথকরবা ভারতবাসী-শিংগী থৱায়বু নৌহৌনা তেকথৎহনখি।

মণিপুরদসু অদু মঙায় নীংতম লালহৌগী লমজিং মৈরা পায়বা কবি পোকখিদবা নত্তে। কমলগী **'কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা'** হায়বদু পারুরগা থম্মোয়নুংদা মরৈবাক নুংশিবগী ঈহৌ হৌরোইদবা কনা লৈবগে? মহাকবি হিজম অঙাংহলগী **লমন, মৈতৈরং** না স্বদেশ প্রেমগী ঈচেলবু হৌহৌননা চেলহল্লি থম্মোয়দা, কবি চাউবগী **'লবঙ্গ লতা'** অমদি লৈবাক নীংবগী শৈরেং **'মৈতৈ লৈবাক', 'উহনবিয়ু অরোইবদা', 'নিজরোই ইমা অতোপ্পা অমা'** নচিংবা কয়াদা মাতৃ প্রেমগী তাংথক নাইদনা লংলবা মঙাল ফাওরি। অসিনি কবিদি মরৈবাকপু করিগুম্বা সর্ত অমত্তা য়াওদনা চম্না নুংশিজবগী মগুণ মখোয়দা চেল্লি। কবি শেলি, কিতস, বাইরন কয়া কয়া পোকখি, পোকলকখিনি মাতৃমুক্তিগীদমক্তা মতম মতমদা।

ভারতনা মনীং তমদ্রিঙৈগী মমাঙ ২০ শুবা শতাব্দীগী ময়ায় চল্লকপা অদুৱাইদা ভারতকী অৱাং-নোংপোক কাচিন্দা মরৈবাক নীংবগী লংলবা মৈরা পুদুনা তোমখিন খোঙদারকখিবা কবিদি হিজম ইরাবোত, 'জন-নেতা ইরাবত' হায়দুনা হৌজিক শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎনরিবা কবি অসিতনি। ইরাবত কবি ওইগে হায়দুনা ওইখিবা নত্তে। মরৈবাক মজাতিনা মীনাই য়োৎহিলং কোকঙমদনা অমম্বা কারগার মনুংদা লায়রবা, অপঙবা অন্ধবিশ্বাস অমদি ওৎপি লৈবীবগী চৈনা খাঙদুনা লৈরিবা লৌমী শিন্মী প্রজাশিংবু য়াকায়রো, নোংঙাপ্লে তূমদুনা লৈরনু, অশিবগী খয়াম্ভা তাবগুম হায়দুনা কৌরকপা থম্মোয়গী অচম্বা অশেংবা খোনজেল অদুদা কবিত্ব শক্তি য়াওরকপনি। অচম্বা ঈশৈ নুংশি, অচম্বা ৱাঙাঙ নুংশি। অঙাংগী অচম্বা মীনোক নুংশি। কনাগুম্বনা থম্মোয় শোক্লা কল্লদা অতাবশিংগী থম্মোয় থুক লাউই। তৌশিন্নবদি, তানিংদে, য়েংনিংদে থম্মোয় থুক্তে। কবি ইরাবতকী মরৈবাক নীংবগী ঈশৈ, শৈরেং খুদিংমক ফুবিরবা অঙাংগী চিনবান্দগী থোরকপা নীংঙমদবগী তেংথাখোল, নোং ঙাল্লমদাই পোৎপু-লাঙ্গোল থোঙ্গত্তুনা থোরকপদা লৌমী মশেল হৌনবগী লাপ্পা কৌনবা মীকৌ, মমা কায়নৱবা মচানা মমা নীংশিংলকপগী মীকপখোলদা য়াওরিবা তশেংবা অচম্বা সুর অদুনি।

বিপ্লবকী মৈরীনা চাকথেকতুনা চীয়ো তময়াদা লৈবা লায়রবা লৌমীগী মল্লবা খাঙপোকশঙদা মহাক্কা নুংশিজরম্বা খুঙ্গা

লৌমীগী কংলবা মায়থোং য়েংনা য়েংনা অরোইবা য়াহিপ তানখি। মাদি চুন্নগী থম্মোয়নুংদা ফাওরকপা মীনায় য়োৎহিলংগী চৈনা অদুতং অঙৌবা চেবাংদা খোৎচিল্লম্বনি। অদুবু ঙসিদি লৈনুংদা লোৎলম্বা মণি তৌথোক্তুনা অঙানবদা পুথোক্লকপদদি মণিগী মগুণ চপ চানা লৈরম্বগুম মণিয়াই ওইবা লাইরিক অনী মীয়াম মখুত্তা শিন্নররে — (১) **"বিপ্লবিক য়াকায়রোল ঈশৈ"** অমসুং (২) **"ইমাগী পূজা"** — ইরাবত লাইরিক ফোঙবা লুপনা খুদোল তম্বা।

লাইরিক অনীমক লৈবাকনীংবা ঈশৈ অমদি শৈরেংগী লাইরিক ঙাক্তনি। **বিপ্লবিক য়াকায়রোল ঈশৈ** কবিনা লৈবাক মীয়াম পুন্নমক্তা মীয়ামগী জয়ধবনি লানঙম খোল্লাউ তাও হায়রি। চীনাদা জপানদা রুশিয়াদা মীয়াম্না জয় ওইখ্রে। লানঙম খোল্লাউ জয়ধবনিনা মায়কৈ তরা নিনখ্রে অদুবু ইরৈবাক মণিপুর অমদি ভারতদি অমগা অমগা নুংশিনদবা মশেল খৎনবগী মৈরীনা লম্মৈগুম মায়কৈ খোন্না চাকখৎলক্লি, য়াইফবা নোংদমখোন্দগী পীরগে লাল্লিবা প্রজা মীয়ামগী জয়বু ঐখোয় ইশেল অমগা অমগা খাইবুং ঙাইবুং তান্নদুনা অমগা অমগা লীচিং মান্নদদুনা অরেম্বদা মাঙখিগদৌরে, মীয়ামগী জয় হায়দুনা অৱাবা সুরদা শক্লি কবিনা, তারো জয়ধবনি তারো তারো, হায়বা ঈশৈ অসিদা . . . .

অসুন্না **"হৌরো অৱাবা অহিংগী অমম্বা কোক্তুনা"** হায়বা ঈশৈ অসিদসু কবিনা থোঙ লোন্দুনা মঙ তান্দুনা তুমখিদরা তুমখুন হুন্না স্বধিনতা নুমিৎ থোরক্লে মাঙদা মরুপশিংগী থৱায়না তাওনে কৌরিবিসে য়াকায়রেরে নঙগী থোঙজিন্দা হৌরো হায়দুনা খৌদোক্লি মীওৎ মীনৈগী চৈনানা পঙথরবা অশিবগুম তুমদুনা লৈরিবা প্রজা মীয়াম্সু। অদুনা মীনাই য়োৎহিলং কোকহন্দুনা, শিদৌববা থৱায়দা দেশ প্রেমগী ৱাখল্না চাকহল্লিবা নীংঙমদবগী মৈরিসি মুথৎলু, মসিগী অমত্তা ঙায়রবা উপায়দি একতাগী খুৎলাইতনা ওইগনি। অমুক হায়রি শকউ জয় জয় অপুনবগী জয় জয় কিগনু অপুনবনা ওইনি জয় ওইনি জয়, মীখা পোনবা ঐখোয়দি অপুনবনা খুৎলাইনি অপুনবা নত্তনা করি লৈবি থেংননবা অদুনা কবিনা শকলি অপুনবগী জয় হায়রি —

*স্বধিনতা লানসে নত্তেনে মরম্নাই*
*মায়কৈ মরীকোয়না য়েংউ অপুনবনা ওইরি জয়।*

অচুম্বনি অপুনবনা জয় ওইগনি। মীয়ামগী অপুনবা শক্তিদি ঈশ্বরগী শক্তিনি, অতৈ শক্তি অমত্তনা অসিবু মাঙহনবা ঙম্লোই। লিংজেল মান্নবা মীয়ামগী অপুনবা শক্তি ঙমদবা কৌবসু লৈরোই, অমা হায়বসি মীয়ামগীনি, মী লৈত্রবদা লৈবাক অমা ওইবা য়াদে। প্রজা লৈতবা লমদা করম্না নিংথৌ ওইদুনা লৈগনি। অদুনা প্রজানা মরুপনি, হায়রিবা প্রজাশিং অসিগী মথক্তা থায়নগী মীওৎপা নিংথৌ অমদি অঙম অথৌশিংনা প্রজা মীচমবু ওৎনৈদুনা শুপ্নম শাসন তৌদুনা মনীং তৌনা হাইনা হুন্না পাল্লম্মী। মখোয়গী থম্মোয় পেন্নবা লিংখৎপা যজ্ঞদা প্রজা কয়া শীং ওইদুনা অরেম্বদা মপুন্সি কেমদুনা মাঙখ্রবনি।

অদুনা প্রজাগী অপুনবা শক্তি একতাগী লীচিংদি ঈশ্বরগী শক্তিনি করিগুম্বা পাম্বৈনা নমথবা ঙমদ্রবা। শক্তি অদু ফাজিনবা ঙম্নবা কৌরি কবি ইরাবোতনা ঃ

*লাকলো লৌমী শিন্মী লাকলো*
*নহাক্কী সভা মপাঙ্গল হাপ্পরো*
*ইমা লৈবাকপু মনীং তমহল্লো*
*ঙাকপা ঙমগনি লায়রবগী মায়।*

অদুনা শক্লি কবিনা — 'হাইগৎলি ৱাংনা ফীরানসি ঙাঙলবা লায়রবশিংগী ঈনা, মরমদি লৈবাক প্রজা পুন্নমক থাকলির্বদি নোংজ্রু নুংশা খাক্তনা লৌবুক্তা লৈখোম তৈদুনা হূমাং তানা লৌ উরিবা লৌমী শিন্মীশিং অসিনি। মখোয়গী হোৎনজমন্দি তাঙবন্দা গাদিদা ফমদুনা, শু-নোমনিংদবা নিংথৌ অঙম অথৌ মখোয়গী মখোঙ চুপতুনা হিংবা উতাংবী কাঙবু অমদি শেঙ্গাও পায়বা মহাজনশিংনা ফংলি। মসিদগী থোরকই কবিগী চীনবান্দা থম্মোয়দগী থোরকপা নিংঙমবদগী ছন্দনা নিল্লবা অৱাবা খোয়শাওনবগী শৈরোল ঃ

*খঙলে নশক খঙলেদো*
*উরেদো নতৌ উরেদো*
*খুগ্রাঙ্ তোংবনা নোম্লগা*

*খোঙউপ তোংবনা চাবনি*
*লৌমীগী থরায় লৌমীগী মায়*
*অমুক য়োল্লরোই অমুক য়োল্লরোই*
*ঈনা শুম্বা ফৌসে 'খোয়গী থরায়নি।*

হায়রি কবিনা শক্লি, **"চেকশিললু হায়, চেশিল্লু হায়, চেকশিল্লু হায়, ফৌদো"** হায়না কৌবা ঈশৈ অসিদা। অসুম্না কবিনা অপঙ থাজবগী লায়না লাইচুরবা অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োমনুং দা পঙ্থদুনা লৈরবা, অশিংবা কাঙবুনা ঈ চুপ্লদা অয়ো নাহে তম্নবা লৌমী শিন্মী প্রজাশিংবু মীকপ থোক্ললো হৌদোক্লি। সোসিয়েল কনসস্নেস পীনবা হোৎনরি। থাঙ্গোলগী মগুণ খঙনবা তস্তনা লাউরি ঃ

*থাঙ্গোল অদু ময়া থাংউ থৌনা*
*লৌখাও তম ওইরগা খাওনি সনা ফৌ*
*মীনাই য়োৎহ্লিং কোক্লনি সনা লৈবাক ইমাগী।*

লৌমীনা মীমায়বা ঙমদ্রিবা লায়রবদগীনি, ইখুৎনা শুজদুনা থোকচবা ফৌনা কোৎ চোন্না পৈরবা ইবুকথল্লা চাজবা ফংলনি, মতমদুদা কনাগীসু মখা পোল্লরোই, মীনায় য়োৎহ্লিং কোক্লনি অদুনা লাঙ্গোল থাঙ্গোল ময়া থৌনা ফেংদুনা ফৌথোক চাথোক হেনগৎহল্লনি, লৌমীনা লায়রবদগী ইনাক খুনবনা শুপ্পম তৌবা ঙম্লিবনি। লায়রবা কোক্লবা লৌ উশি ঃ

*লৌ উদনা লৌমী 'খোয়গী*
*উপাই কনি লৈ*
*ঐখোয়না ফৌথোক হেলহনসি*
*লৈবাক পুম্বা কনসি*

হায়না তস্তনা লাউরি শকলি কবিনা **"লৌসু লিংই ফৌসু খাওই থাঙ্গোলনা মরুপনি, ময়া থাংউ থৌনা থাংউ থাংউ তোয়না তোয়না"** হায়বা ঈশৈ অসিদা।

কবি ইরাবতনি লমজিং লতাকপনি, অপঙ্বা অন্ধবিশ্বাসকী তম্নলাইনা চাহস্তুনা লৈরম্নবা দেশকী লীচিং ওইরিবা লৌমী-শিন্মী প্রজাশিংদা লৌশিং মৈরা পীবিরম্বা জন-নেতানি। হায়বিরি সহরগী অরং অরাক্কী শরুক্তা লৌমীগী শরুক য়াওদে। মখোয়দি অমম্বা খুঙ্গংদা অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োমনা কুপ্তুনা লায়-অনং, লায়নাগা য়াওনমিন্নদুনা খাঙপোকশঙ মনুংদা শিবা ঙাইনা লেপ্লি, মদুসু মখোয়গী মরায়বক্লি খনদোকই। কনাগী মরান্দগী মখোয়না অসিগুম্বা নোংদম থীরবা অভিশাপ অসি নংলিবা খম্বরুদে, নোং দম্বা মপুগী থৌজালনি খন্দুনা পেনথোকলি। অদুবু হে দেশ নহাক্কী নরায়বক্লা কদোমদা ঃ

*লৌশিং ওইরিবা মখোয়না*
*লাইর চুদৎনদুনা লৈরগা*
*নীংতম্বগী অর্থ করি লৈ?*

লায়রবা কোকপা হায়বসিনা অশেংবা নীংতম্বগী অর্থনি। ইকোনমীক ফ্রিদম, ইকোনমীক ইনদিপেনদেনস য়াওদবা নীংতম্বদুদি নীংতম্বা কৌদে। লায়রবদি মচা মশু লাইশু তমহন্দুনা জ্ঞানগী মৈরা চুখৎপিবা ঙমদে, অন্ধবিশ্বাস (অপঙ থাজ) গী মম্নবা কোমনুংদা তাদুনা মপুক্সি লেনবা তাই। সিনি ভারত অমদি মণিপুরগী লৌমী-শিন্মীশিংগী মরায়বক। কবিনা শক্লি 'মচি অমস্তুদনি লাঙলিবদি' হায়বা ঈশৈ অসিদা ঃ

*দেশকী লীচিং ওইরিবা*
*লৌমী শিন্মী প্রজাদি*
*অন্ধবিশ্বাসনা কুপতুনা*
*লৈরি অমম্বা মরক্তা*
*লায়ন্ন-নংবনা য়োমদুনা*
*লায়নাগা য়াওনমিন্নদুনা*

অদুনা দেশকী নীংতম্বা ফংগে হায়রবদি মীয়াম প্রজা লখা কোটি অসিবু, লায়রবা, লাইরিক হৈতবা অন্ধবিশ্বাসতা লায়চুবা হায়বা লায়না অহুম অসিদগী কোক্লবা হোৎনগদবদি। অদুনা থবক কন্না শু-নোমদুনা চাবা থকপা রাস্তবা নুংঙাই-য়াইফবা লৌমী ওইরগতা লৈবাক্কী অশেংবা স্বরাজ পুরকপা ঙমগনি হায়বা লাইবাও ওইবা পাউতাকশিং তাকপীরম্মী কবি ইরাবতনা। মহাক্কীদি চুম্নগী কবিতা নত্তে, ঈশৈ নত্তে, তুকথরবা মখোয়দা মহামন্ত্রগী মশক ওইবা পাউতাক্লি। সমাজ সংস্কারদা কবিগী

মীংয়েং পাকশল্লি। নুপা নুপীনা য়ুমলিংদুনা শেমলিবা খুন্নাই অসিদা নুপী হন্থনা য়েংবিবা, নুপী খুন্নাইনসু মখোয়দি লৈশেমঙৈদগী তোল্লকলবীনি হায়দুনা নুপীগী মতুং ইন্দুনা করি খঙদনা, করি য়াওদনা পাঙ্গল শোনবীনি হায়বগী মিংদা অয়ম্বী ওইদুনা লৈবগী মতম নত্রে, নুপীসু সমাজ শেম্বা, নীংতম লালহৌ লানথেংনবা য়াওগদবনি, অবলা জাতিনি হায়দুনা ইমুংগী অখুবা কাচিন্দা চফু উয়ান শঙ, চাকথোং ফৌশু তৌদুনা লৈগদবা নত্তে ঃ

*নখোয় লাউ য়েংহৌরো লাউ*
*নুপী কয়া লান্দা চঙলিদো।।*
*চান্দ বীবী, দূর্গা পদ্মিনী*
*লক্ষ্মীবাই ঝাঁসী রাণী*
*লৌমীগী য়ুমদা মখোয়গুম্বী*
*লীশীং- লক্ষা পোক্লিদো।।*
*নুপী ঐখোয়বু হায়রনু অবলা*
*শান্নপোৎ ওইবিনু নুপীগী থবায়না*
*শেঞ্জাও পায়বগী তমথিবা নীতিনা*
*মুনশ্রে ঐখোয়গী শেৎন-চানবা*
*নুপী লান্দা নুপী কয়া*
*থবায় কৎখিদো।*

অসিগুম্বা নুপীগী থম্মোয়নুংদা ভূংদুনা লৈরম্বা দূর্গা শক্তি- থৌনা লিংজেল পূন্নমক য়াকায়হনখি কবিনা অশেংবা থম্মোয়দগী থোরকপা নুং ফাওহনবা শৈরোলনা।

কবিগী নুংশিরবা থম্মোয় কায়নিংঙাই ওইরবা মীকপখোলদা ইমা কনানো শকতাকপা শৈরোলদা ঃ

*কোকথক্তা পোৎলুম পুরিবী*
*নমদা নম্মো পোরিবী*
*অরা কোঙ্গায় খাঙলিবী*
*চিনতাগী পোৎলুম পুরিবী*
*নোংজু নুংশা খাক্তনা*
*হুমাং মন্না তাল্লিবী*
*চরা নামা চারিবী*
*তাইবং পোৎলুম পুরিবী।*
*ফদি ফরা শেৎলিবা*
*অনংবা কোঙ্গায় খাঙলিবী*
*মখোয়সে ঐখোয়গী ইমানি।।*

লায়ররবা প্রজাগী মমাদি মচা য়োক্তুনা চাউননবা হোৎনরিবা নোংজু নুংশা খাক্তনা শু-নোমদুনা চরা তাল্লিবী পোমফ্রি শেৎপী লায়ররবী পলেমদুনি হায়দুনা কবিনা মচা নুংশিবা মচাগীদমক্তা খন্দুনা অরাবা কোঙ্গায় খাঙলিবী মমাগী শক্তম শৈথারি। মদুনা মচাগী থৌদাংদি মমাগী লম্মনশিংবা, মমাবু মীমান্ননবা নুংঙাইহন্নবা হোৎনবনি হায়রি কবিনা ঃ

*কাউগুমসিকো মখোয়বু*
*তাখৎলো চরৈ ফিদো*
*শিংলসিনে খোম্লাং লম্মন*
*উংলসিনে তৌবীমনদো।।*

মশাগী ওইজবা খন্দবা কনানো অদুবু মীয়ামগীসু যাইফনবা খনবা ঙমগদবনি হায়বা গুণ অনীমক্তা মীবু অরাংবা থাক্তা থম্লিবনি। কবি ইরাবত মরৈবাক্কী নীংতম্বা চাওখৎপা, নুংঙাই যাইফবা খঙরবসু সদভাবনাগী রাখল চৌল্লি, ইন্টর্নেসনেল ওই হায়নসি মহাক্কী ঈশৈ — "ও। মীরৈবাক্কী চেক্লা ও উনখিসিকো করিগুম্বা মতম অমদা" হায়বা অসিদা ফোঙদোক্লি। কবিনা শৈথারি ঃ

*নুংশিদবা ঙমদে ঐহাক্লা ইকাই খুম্নজরি থম্মোয়না*
*ওঃ মীরমলেনগী চেক্লা ওঃ কায়নরসিকো ইন্দকমুকতি মতাঙসিদদি*

*কায়নগনি হায়বা খঙনা খঙনা*
*নমথাক তৌরুই ঐনা নঙবু*
*ওইদবা রাহৈনসু কারল চললুই*
*নুংশিবসু শাশিন্নরুই*
*ইন্দকমুককি মতাঙসিদদি ঈরৈবাক লমদম নত্তবনা*
*অচেৎপা নীয়ন্নসু পুনখিবনা পুকচেল তিংবা ঙম্নমদরে*
*ইশাগী ইনীং তম্নবা কাল ইনীং তৌনা লৈরবা কান্দা*
*নুংশি কোলোয়শক্রুদুনা নুংশি খোংগুল লীরক্কেদো।*

ঙমখৈ খায়দনা পুন্নমকপু নুংশিবা মরুপকী চেৎলবা লীপুন্না পুনশিন্নবগী ৱাখল কবিদা চেল্লি। মাতৃ মুক্তি লানফমদা কৎথোক্লবা লাম্মী অমা ওইরুবনা ইরমদমগী নীংতম্বা ফংদ্রিবা ফাওবদি কায়নখিসি ইশাগী ইনীং তম্বা ফংলবা ইনীংতৌনা লৈরবা মতমদা নুংশি খোংগুল লীরককে হায়না মীরমগী চেক্রা অমদা বিদায় পীরি হায়বা অসিনা কবি অসি মালেমগী মীওই পুন্নমকপু অতিংবা পুকচেলগা লোয়ননা নুংশিজে ইকাই খুম্নবা উৎচৈ তাক্রি।

কবিদি বিপ্লবী রিভোলুসনরী অমনি। অওনবা পাম্মী। লায়না লায়থুং পক্লবা, তুহৎপিরবা মীখা পোল্লবা সমাজ, লাইয়র-অনং না তুকথরবা, অন্ধবিশ্বাস অমদি লাইরিক হৈতবগী শাপ্না তাহৎলবা সমাজবু ফি অমোৎপা সাপোন্না শুদোকপগুম অফবা, চাওখৎপা মীপাল তাংদবা মীখা পোন্দবা মরা তপ্না ঈংবা সমাজ অমা ওইহন্নিংই। মঙলান্দু মঙফাওননবা লান চঙ্ই-মুক্তি লড়াই মহাক্তি বিপ্লবকী কৎথোক্লবা লাম্মীনি হায়রি ঃ

*ও বিপ্লবতা নঙগা ঐগা উনখিদো,*
*শিন্নখি থম্মোয় থম্মোয় পাম্মুদনা*
*থাজদবা ৱাখলদো থাজদনা থোক্লরে*
*শাগৎলুরে আশাগী ফুড়া-ও বিপ্লবতা*

অকনবা অথুকপা ৱাখল য়াওদবা অথোৎপা অমেঙবা শৈরোলদা লেংখিবা বিদায়গী ঈশৈনি।

*(লৌথোকফম ঃ — 'ঈচেল', সহিত্য, সংস্কৃতিগী থা ৬/৬ কী চেফোঙ, ৬শুবা চহী ১৯৯৬ নোহাখোল, যুবেম্নম। অইবনা পীবিবদগী ফোঙজবা)*

ঙসি অহিং লেল্লে
নুমিৎ অমা চৎখ্রে
শম পূনশিল্লু দেবী
ইফা ফারিবদো।
ডিসেম্বর '১২ অমা হৌখ্রে,
ডিসেম্বর '১২ অমা লাক্লে কাউরব্রা ?
থাজব্রা শম পুনগনি হায়বা ?
নিংব্রা নুমিৎ অসি লাক্কনি হায়বা ?

— ডিসেম্বর '১২, *'ইমাগী পূজা'*

# জর্নেলিষ্ট অমা ওইনা হিজম ইরাবত

এঃ বালকৃষ্ণ শর্ম্মা

১৮৯১ দগী ১৯৪৯ ফাওবগী মতম অসি মণিপুরগী ইতিহাসতা খ্বায়দগী মরুওইবা পন্দুপনি হায়বা য়াই। মণিপুরনা মশাগী নীংতম্বা ভাক্লবা শোরুবা লান্দা মায়থীদুনা বৃতিশকী মখাদা লৈখিবদগী বৃতিশনা মণিপুর থাদোক্তুনা নীংতম্বা ফংলবা মতুংদা ভারতা তিনশিনখিবা মতমদু ফাওবনি পন্দুপসিনা কোল্লিবসি। হায়রিবা ইতিহাসকী পন্দুপ অসিদা থোকখিবা থৌদোক-ৱাথোক্ লাকখিবা অহোংবা কয়া অমসুং মতমদগী মীরোলগী ৱাথক্লোননচিংবা পুম্নমক অদুগী ফলনি ঙসি ঐখোয়গী মীরোলনা ফংলিবা। হয়েংগী ঐখোয়গী ইতিহাস ওইরগদৌরিবা ঙসিগী থৌদোক-ৱাথোকশিং কুপ্না মীৎয়েং থমদুনা নৈনরুবা মতমদা মথক্তা পঞ্জখিবা চহী ৫০ খরা হেনবগী মতম (১৮৯১-১৯৪৯) অসিনা হৌরকফম ওইবগী য়াম্না শেংলবা মশক অমা ইতিহাস কুপ্না নৈনবশিংনা শোয়দনা থেংনগনি। ৱাফম অসি চুম্নগী রাজনীতিগী ওইবা ৱাফমঙাক নত্তে, ঐখোয়গী সমাজগী হীরাম পুম্নমক — শেল-থুম, ধর্ম্ম, মহৈ-মশিং, নাৎ, সাহিত্যনচিংবা খুদিংমক্কী ৱাফম্নি।

ইতিহাসকী পন্দুপ অসি হাইগন্তুনা ফাকপদা মতমদুগী সমাজ অমসুং থৌদোক ৱাথোশিংগা হিজম ইরাবতকী পুন্সি অমদি থবকশিংগা থাদোক্লবা ইয়া য়াদনা শাগোন্নবা অমা উবা ফংই। মণিপুরী লোন্দা চেফোঙ ফোঙবগী (মণিপুরী জর্নেলিজম) ঈহৌগা ইরাবতকী পুন্সিগসু য়াম্না নকশীন্নে। মহাকপু মণিপুরী জর্নেলিজমগী লময়ানবনি হায়বদা হেনজিনবা ওইরোই।

মণিপুরদা মৈতৈলোলগী চেফোঙ ফোঙবা অমসুং চেফোঙগীদমক ইবগী ইতিহাস নৈনবা মতমদা য়াম্না নাখৈ শেংনা তাংকক অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই — (১) পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙ অমসুং (২) মতুং। লাঞ্জাও মমাঙগী তাংকক্লা চেফোঙ ফোঙবা হৌরকপদগী হায়বদি ১৯২২ দগী ১৯৪৫ ফাওবগী মতম্বু খঙনগনি। লাঞ্জাও মতুংগী তাংকক্লা ১৯৪৫ দগী হৌজিকফাওবগী মতম্বু খঙনগনি।

মণিপুরী জর্নেলিজমগী লময়ানবা হিজম ইরাবতনা মণিপুরদা ইহান হানবা ওইনা ফোঙবা মৈতৈরোলগী চেফোঙ **মৈতৈ চনু** ইং শক ৱল্লাচপ্ত দা পুথোকখি (মী খরগী মত মতুং ইন্নদি ১৯২২ দনি হায়)। ১৯২৫ (নত্রগা ১৯২২) দা ফোঙলিবা **মৈতৈ চনু** প্রেসতা নম্নগা ফোঙবা নত্তে। ইরাবত মশামক্না স্টেনসিলদা ইবগা উনা শাবা সাইক্লোস্টাইল মেছিন্দা খুৎনা রোল্লর চিংদুনা নম্নগা পুথোকপনি। মতমদুদা মণিপুরদা প্রিন্তিং প্রেস ইবৈমক লৈতরি হায়বা য়াই। ১৯১১ দা ভুবনচন্দ্র কৌবা অমনা প্রিন্তিং প্রেস অমা, মদুদগী অমুক চহী নীপালগী মতুংদা মণিপুর সরকারগী প্রিন্তিং প্রেস অমা ১৯১৮-১৯ দা লিংখৎখ্রবসু চেফোঙনচিংবা নম্বগী খুদোংচাবদি লৈরমদে। সমাজ অমদি সাহিত্য সেবা পামজবা নহারোল ময়াম ইরাবতনা খোমজীল্লগা **মৈতৈ চনু** পুথোকখিবনি। মদুগী অচঙবা খুজু-খুৎলাই, শেল-থুম পুম্নমক বীর চিকেন্দ্রজিৎকী অনীশুবা মচানুপা বীরচন্দ্র সিংহনা পুথোকপিখি হায়না ইরাবতকা নক্লবা, মরী-মতাসু থোকপা, লৈকাইসু ওইবা মণিপুরগী মমিং লৈরবা সাহিত্যকার অমসুং আনুবাদক লৈখিদ্রবা অয়েকপম শ্যামসুন্দরনা তাকপিরম্মি। পাবিনবা ৱাৎপনা **মৈতৈ চনু** মখা তানা ফোঙথবদি ঙমখিদে। চেফোঙ অমখক্তগী হেন্না পুথোকখিদে হায়। ডাঃ কীর্ত্তিনচিংবা

কনাগুম্বা খরগী মত্তদি চেফোঙ অসি তরেৎ নীপাল্লক পুথোক্রম্মি হায়। মতম শাংনা চৎথবা ঙম্লমদ্রবস্ু চেফোঙ অসিবু পুথোক্রবা হোৎনখিবা অমদি পাহৌবা নৈনহৌবা মতমদুগী নহারোলশিংগী থম্মোয়দদি মমারোলগী চেফোঙ অমা পুথোকপগী নুংঙাইজবা, কান্নবা, চাউথোকচবদি কন্না ফাওহনখি। অকনবা ইথিন অমা পীখি। তুংদা চেফোঙ কয়া থোরক্লবগী থৌইনশিন অমা ওইখি।

তুংদা ১৯৩০ দা ডাঃ নিংথৌজম লৈরেননা এদিতর ওইদুনা থা-থাগী সাহিত্য চেফোঙ **য়াকাইরোল** পুথোকপা মতমদসু হিজম ইরাবতনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। চেফোঙ অসিদা চাউবনচিংবনা অনৌবা কবিশিংনা চাং নাইনা ইখি অমসুং ফোঙখি। ডাঃ কমলগী **মাধবী** সেরিজ ওইনা চেফোঙসিদা ফোঙখি হায়। চহী অসিমক্তদা (১৯৩০) ইহান হানবা নুতিগী চেফোঙ **দৈনিক মণিপুর** টিএচঃ গোকুলচন্দ্রনা এদিতর ওইদুনা ফোঙলে। চেফোঙ অসিগী মমিংদা মৈতৈময়েক শীজীন্নরম্মি। মসিগী মতুংদগীদি চেফোঙ মখল কয়া মথং মথং ফোঙবা হৌখ্রে। লান মনুং ১৯৪২ দগী ৪৫ ফাওবদি চেফোঙ পুথোকপা লেপ্পখি।

করম্না কনাগী ইথিলদগী ইরাবত অমসুং মহাক্কী কাওবুনা মণিপুরদা চেফোঙ পুথোকপগী রাখল লাকখিবনো হায়বসি মণিপুরী চেফোঙগী ইতিহাস নৈননীংবা মীওইশিংনা থিজিন্নীংঙাই ওইবি। ইরাবতনা মণিপুরগী মপান্দা চৎলুবা মতমদা বেঙ্গলনচিংবা মফমশিংদা ফোঙবা চেফোঙশিং থেনেরকপদগী মণিপুরদা অরাৎপসি মেনখৎনীংবগী ইথিল ফংখিবা ওইরম্বা য়াই। ইরাবত মথক্তসু নত্তনা মপান লমদা লাইরিক তম্লুবা মতমদুগী নহারোলনা মণিপুরদা হক্লক্রগা মখোয়গী থম্মোয়দা মরৈবাক অমসুং মমারোল নুংশিবগী ঈহৌ অমা লাক্তুনা মদুদগী চেফোঙ পুথোক্লীংবগী রাখলসু পোক্রম্বা য়াই। অমরোমদা ইরাবতনা **মৈতৈ চনু** পুথোকত্রিঙৈগী মমাঙদা কছার অমসুং প্রতাপগড়লোমদা **মৈতৈ লৈমা, জাগরণ** নচিংবা মৈতৈরোলগী চেফোঙ ফোঙলম্বগী রেকোর্দ লৈ। চেফোঙশিং অসিগী কপি মণিপুর য়ৌরক্তুনা মদুদগী ইথিল ফংলম্বসু য়াই।

মতুং তারকপদদি ইরাবত মশামক্তি চেফোঙ ফোঙবরোমদা থবায় লূপ্পগী মহুত্তা সমাজগী সেবাগী অতৈ থবকশিংদা হেন্না থবায় য়াওশীনখ্রে। অদুবু ইবদি লেপখিদে। মণিপুরগী মনুং খক্তদা ইবা অমসুং ফোঙবগী মথক্তা মপানগী পাউ-চে হিন্দুস্থান ষ্টেন্দার্দ নচিংবদসু মণিপুরগী অরা-অনা অমদি মহাক্কী রাখল্লোনশিং ইদুনা ফোঙননবা থারম্মি। হিজম ইরাবতকী পুন্সিদা জর্নেলিষ্ট অমা ওইবগী মমি মহাক্কী রাঙাঙ্ রাতাদসু য়ান্না তাই। মহাক্না থোক্রম্বা বৃবিতিশিংদফাওবা জর্নেলিষ্টিক ইলিমেন্ট কয়া য়াওবা থেংনৈ।

হিজম ইরাবতকী পুন্সিদা য়াম্না নখৈ শেংনা তাংকক অনী— [(১) নুপী লান মমাঙগী পুন্সি অমসুং (২) নুপী লান মতুংগী পুন্সি] লৈবগুম্না মহাক্কী জর্নেলিজমগী খোঙচত্তসু তাংকক্ অনী নাখৈ শেংনা লৈ। অহানবগী তাংকক্তা চেফোঙ ফোঙবগী লময়ানবা ওইনা **মৈতৈ চনু** ফোঙবদগী মতুং তারকপা মতমশিং। অনীশুবা তাংকক্তা **অনৌবা যুগ** (১৯৪৭) ফোঙবগী মতম্নি।

অহানবা তাংকক অসিদা ফোঙখিবা চেফোঙগী মচনশিং মপূং ওইনা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিনচিংবগীনি। রাজনীতিগী ওইবা রারেং নত্রগা রাখল্লোন থোইদোক্লা য়াওইখদে। অনীশুবা তাংকক্ য়ৌরকপদদি মহাক্না ফংনবা তাম্লম্বা রাজনীতিগী পম্বুং **"লৌমী শিনমীনা শাসন তৌজবা মনীংতম্বা মণিপুর অমা ফংনবা হোৎনবা"** (ডাঃ এম. কীর্ত্তি) হায়বা অসি তন্না চংশীনবগী পাম্বৈ অমা ওইনা চেফোঙবু শীজীন্নখি।

১৯৩৯-৪০ গী নুপী লানগা মরী লৈননা লৈবাক ইরাং হৌহনবগী মরালদা মহাকপু চহী ৩ গী মিয়াৎ পীদুনা জেলদা থম্লুরবা মতুংদা ইরাবতকী পুন্সিদা অনৌবা পন্দুপ অমা হাংবা হৌখি। শিলেট্টকী জেলদা লৈরিঙৈদা মার্ক্সিজম মশক খঙনলকখি অমসুং নীতি অসিতনা অরা-অনং ওইরিবশিং তুহৎপীববশিংগী মুক্তি ফংনবা লম্বীনি হায়না থাজবা হৌখি। জেলদগী থাদোরক্তুনা মণিপুরদা চঙহন্দুনা লৈররবা মতমদা ১৯৪৬ তগী ১৯৪৯-৫০ ফাওবগী মনুংদা থোকখিবা রাজনীতিগী রাথোক-থৌদোক খুদিং মক্তা ইরাবতনা হকথেননা শরুক য়াখি অদুগা জর্নেলিজমবু চাউরবা খুৎলাই ওইনা শীজীন্নখি। মহাক্কী **অনৌবা যুগ** নৈনরুবগা অমসুং চেফোঙ অসি ফোঙবগী রারী-শিংখোঙ তারুবগা নীংশিংহল্লি — ভারতকী লুচিংবশিং অমসুং রসিয়াগী লেনিন — ভারতপু নীং-খা তমহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা শরুক য়াখিবা মহাত্মা গান্ধী, লোকমান্য তিলক, জবাহরলাল নেহরুনচিংবা লুচিংবশিংনা

ভারতকী মীয়াম্বু হৌদোক্তুনা ভাব তাহন্নবা হোৎনবদা বৃতিশ শাসনগী ফওবশিং ফোঙদোক্লবগীদমক জর্নেলিজমগী শিনফমদা খোঙদাখিবা; সোভিয়েট রসিয়াদা সোসিয়েলিষ্ট রিবোলুসন মায় পাক্লা পাঙথোক্লবা লেনিননা শাগৎলকপদা রাজনীতিগী চেফোঙ কয়া পুথোক্লবা হোৎনখিবা, মদুদা অৱাবা কয়া মায়োক্লখিবা, রসিয়া মনুংদগী ফোঙবা য়াদদুনা জর্মণগী লাইফজিলতগী অন্দরগ্রাউন্দদা নম্নগা রসিয়া য়ৌহন্দুনা মীয়ামদা পাহনখিবা থৌদৌশিং — ইরাবতকী 'অনৌবা যুগ' নৈনরুবদা নীংশীংহল্লি।

ইরাবতনা মশামক্লা এদিত তৌরগা মসামক্কী খ্ৎনা ভেনসিলদা ইদুনা চয়োলগী ওইনা ফোঙখিবা 'অনৌবা যুগ' অসি রাজনীতিগী চপচাবা অহানবা মণিপুরী চেফোঙনি হায়বা য়াই। মতমদুদা ফোঙনখিবা অতৈ চেফোঙশিংদগী 'অনৌবা যুগ' না তোপ তোপ্পা অমা ওইখিবদি অতৈ চেফোঙনা উখিদবা পৃথিবীগী রাজনীতি 'অনৌবা যুগ' তা পুথোক্তুনা নৈনখিবা, মতমদুগী অঙম অথৌশিং, সহরগী য়াইতোং-খমদোংবশিংনা মী ওইনা উবিখিদবা খুঙ্গংগী লৌমীশিংগী পুন্সি অমসুং মখোয়গী অৱাবশিং উৎথোকখিবা লোয়ননা লৌমীশিংদা মাস পোলিতিকেল এদুকেসন অমা পীদুনা নীংতম্বা মান্নবা খুন্নাই অমা মঙ মঙহন্নবা হোৎনখিবদুনি।

মণিপুর ষ্টেট আর্কাইসবতা লৈরিবা অমসুং লম্নাই মীওই খরদা লৈনরিবা 'অনৌবা যুগ' কী কপিশিং নৈনরগা ইরাবতকী রাখল্লোন, মহাক্কী পাউ-চে ইবগী মই অমসুং এদিতৰিয়েল পোলিসিনচিংবগী মতাংদা খঙবা ঙমগনি।

**অনৌবা যুগ** পু ইরাবতনা মহাক্লা শাগৎলৈংবা ঈপৌগী রাখল্লোল শন্দোক্লবা খুৎলাই অমা ওইহনবদা নত্তনা মহাক্কী রাজনীতি য়েক্লবশিংনা মঙোন্দা শীরকপা মরাল, তৌরকপা প্রোপেগন্দাশিং কাউন্তর তৌননবা খুৎলাই অমা ওইনসু শীজীন্নখি। মসি ওইদুনসু রাজনীতিগী য়াম্না ক্রক ক্রক লাউবা (ড্রাই ওইবা) ৱাফম ঙাক্তা ইদুনা ফোঙবদি নত্তে। পাবদা নুংঙাইবা ই-পাউসু য়াম্না হাপ্পি। থোইদোক্লা পাউদম (নিউজ-স্তোরি) অমগী মমিং থোনবদা মমিং অদুনা পানীংবা পোকহন্নবা হোৎনৈ।

ভাগ্যবতি পত্রিকা দা ফোঙখিবা পাউ অমগী মতাংদা মরৈ তৌনদুনা কৃষক সভাগী ফৈরোইজাম কহ্লাইমচাগা কংগ্রেসকী সোরোখাইবম তোমালগা লম্নাই কৈথেল ময়াদা খৎনবদা গেত পান্নবা শামুঙৌ কৌবা অমনা তোমালগী মীচঙ চঙখি অদুগা উদ্ধব কৌবা অমনা খামদোকখি। থৌদোক অদুগী পাউ **অনৌবা যুগ** তা ইরাবতনা ইবদা রারীমচা অমগুম য়াম্না নুংঙাইনা ইন্নগা পাউদম অদুগী মমিং (হেদিং) **ষ্টেট কংগ্রেসনা কৃষক খৌরি পায়বা গেট বাৱুনা মতেং পাংবা** হায়না থোপ্লি। (অনৌবা যুগ, এপ্রিল ২০, ১৯৪৭)।

হৌজিক ফোঙনরিবা মণিপুরী পাউ-চেশিংদা 'ঐখোয়গী পাউমীদগী' হায়না পাউ ফংফম তাক্লিবা অসিগুম্না **অনৌবা যুগ** তা 'পাউ পীরকপা' হায়না থাদুনা পাউ ইবা দৌদ্রিঙৈদা রিপোর্টরগী মশক তাকই। নিউজ দেতলাইন হায়বদি পাউ ইরিবা নুমিৎকী তারিক্লচিংবদি করি করিগুম্বদা থারগসু অয়াম্বদা থাদে।

অতোপ্পা খুদম অমগা লৌখৎলগা ইরাবতনা পাউ ইবদা শীজীন্নরম্বা লোন্দা-পুদা রাহৈ-রাতাগী মশক হেন্না শঙননবা যেং বা য়াই —

*"সাং কমেং বস্তিদা লৈবা শ্রীখুম্বোংময়ুম তোমবা সিংহগী ফকলেন লুপা ২৫ পীবা অমা মাঙখ্রে, হুরানখ্রে। শ্রী কামেশ্বর সিংহ, শ্রী পিশক সিংহ অনিবু থাজে হায়না দরখাস্ত থাদুনা কমিতিগী মেম্বর অহল লমন য়াওনা বিচার তৌদুনা খন্নবদা পক্ষশিং য়ানবগী মথক্তা ফকলেন মমল লুপা ৪০ পীবগী রাই তৌই। পক্ষশিং শেল পীদুনা লোইনখ্রে।" (অনৌবা যুগ, দিসেম্বর ১২, ১৯৪৭)।*

মণিপুরগী নত্তবা অতৈ লমগী ই-পাউসু অনৌবা যুগ তা ফোঙই। কলকত্তাদা হানৎ-শুনবা থিংননবা রাজনীতি দল পুন্নমক্কী মীতিং তৌবা, কোহিমাদা নাগা লুচিংবশিংনা পাকিস্থানদা য়াওগে হায়খিবা চুম্না হংবা, ভারত সরকারনা য়োৎ কন্ট্রোল তৌরম্বদগী লৌথোকখিনচিংবগী পাউ য়াওই। মহাক্লা ওপরেত তৌবা খুঙ্গংগী লমশিংদা থোকপা মীনা হেকতা পানীংগদবা (হৌজিক্কী চয়োলগী চেফোঙশিংদা য়াওরিবা ই পাউ মখল অসিগুম্বা) পাউশিংসু **অনৌবা যুগ** তা মরাং কায়না ফোঙই। লোন্দা-পুদাদি য়াম্না নাপ্লি।

পুন্নমক অসি ওইরগসু, **অনৌবা যুগ** না লৌখিবা অচৌবা থৌদাংদি মথক্তা পঙখিবা মহাক্কী রাজনীতি রাখল্লোল

শন্দোকপদুনি। মহাক্কা রাজনীতি তিন্নদবা দল মপুং ওইনা কংগ্রেসকী থবক-থৌদৌ সমালোচনা তৌবা, মহক্কী কাঙলুপকী মায়োক্তা শন্দোরকপা প্রোপেগন্দা ওক্তুনা খুম্বা, শেংদোকপা লোয়ন-লোয়ননা মহাক্কী রাখল্লোল ময়ামদা খঙহন্নবা হোৎনবনা **অনৌবা যুগ** কী অচৌবা থৌদাং ওইখি।

মরু ওইবা থৌদোক রাথোক্কী পাউ ইবদা ইরাবতনা কয়া য়াম্না হৈ-শিংনা মহাক্কী রাজনীতি রাখল্লোন শন্দোকপগে হায়বদু নুপী লান নুমিৎকী পাউদম্না খুদম ওইবা য়াগনি। পাউ অদুদা অসুম্না পল্লি —

*"ঙসি ডিসেম্বর ১২ পুনাদিন মতম চুপ্পদা নিংশিংনবগী মশক ওইরবা মণিপুরগী রাজনীতি ক্ষেত্রদা অহানবা বিপ্লবকী নিংশিংবা নুমিৎ অসিদা ঐখোয়না মণিপুরগী স্বাধিনতা কর্ম্মি বিপ্লবী খুদিংবু থম্মোইগী অচেৎপা থমদুনা অভিনন্দন তৌরি। মণিপুরগী দায়ত্বশিল শাসন থুনা লিংদুনা প্রজাগী দাবী ফংবা, লৈবাক ইংনা লৈনবা লৈপাক্কা হোৎনবা, মরা তপনা পানবা চাবা থকপা রাৎতনা পানবা মণিপুর স্না ওইবা ঐখোয়গী আশানি।"*

ইরাবতকী মথক্তা মতমদুগী পাউ-চে থরনা মতৌ করম্না প্রচার তৌবা অদুগা মহাক্কা করম্না ওকপা হায়বদুসু য়েংবা নুং ঙাইগনি। ভাগ্যবতি পত্রিকা দা (জুন ২, ১৯৪৭)

*"... হৌজিক ভাবততা লৈরগা চাওজনিংবা আশা থুং লরোই উদুনা মরম্নাইগী য়েংদুনা অরাদা য়াওরগা হিংবা য়াব্রা য়েংগে হায়দুনা লৈবাক্কী মাঙগনি খন্দনা মণিপুর য়োম্থোরুবা লোয়া তৌরম্লিবা কম্যুনিষ্ট ইরাবত অসিবু . . . নিন্দা তৌই।"* হায়না ইরকখি; মসগী পাউখুম ওইনা ইরাবতনা মহাক্কী **অনৌবা যুগ** (জুন ৮, ১৯৪৭) তা ওক্তুনা হনবদা হায়খি —

*"ইরিবা চেশিং অসিদা অমসুং বক্তিতাদা ষ্টেট কংগ্রেসকী মী থরনা শেরাম্না পুবা লম্বীদা চংদুনা ব্যক্তিগত আক্রমন তৌবগী লক্ষন অমসুং ইসাগী রাখল উবদা ফিদমফম ওইগদবা নেতাশিং গী শাজৎ লমচৎ অসি তুংদা হৌরকইবশিংগী অমাংবা ওইগদ্রা হায়না খনবদা য়াম্না নুংশা থি। নেতা থরনা ব্যক্তিগত আক্রমন তৌরিবশিংগী মরমদা ঐনা করি তৌগদগে হায়বগী লম্বী য়াম্না শেংই। নেতা থরগী পুকচেল শেংদবা চাওজনিংবগী দোষনা ষ্টেট কংগ্রেসগী মিং থীহনবগী খনবদা রাই। রাজনীতি দল অমনা শোম্থরবদা দল পুম্নমক্তি পাঙ্গল শোম্থবনি অমসুং লৈবাক্কী পাঙ্গল ময়েং তাবনি হায়না নিংই। অসুম্না দল অমগী মখাদা মাগী নীতি অমসুং কর্য্যপ্রনালী ঙাক্তুনা চৎপা স্বাধীনতা পাম্বা কনাগুম্বনা তৌবা হৌনবা থবক নত্তে হায়নসু ঐনা খংই।*

*লৈবাক্কী সেবক*

**ইরাবত সিংহ**

**অনৌবা যুগ** কী মশীং অসিমক্তদা ইখি —

*"ভারতনা স্বাধিন ফংলগা মণিপুরনা করম্বা প্রদেশতা তিনগদগে নত্রগা তোপ্পা লৈগদ্রা হায়বদু প্রজানা লেপ্পা হায়বা অস্থানিয়ন্ত্রন অধিকার ফংনবা দল পুম্নমক জাৎ পুম্নমক পুন্না চং শিন্নবা লম্বীদা পুরুীং থম্বিয়ু"।*

অতোপ্পা মশীং অমদা (মে ২৫, ১৯৪৭) *'ইরাবতনা মণিপুর অরা লৈবাক্তা য়োনখ্রে হায়বা অরানবা পাওজেলনি"* হায়বা হেদিং মখাদা 'ইরাবতকী বিবৃতি' হায়না ইদুনা হিন্দুস্তান ষ্টেন্দার্দ মে ২২ গী চেদা রেঙ্গুনদগী এ.পি.আই. না পীবা পাউ অমবু মহাক্কা মরীক চুম্না ইদুনা শেংদোকই। ইরিবা অদুদা মণিপুরগী হান্না লৈরম্বা ষ্টেটসনচিংবা মরীক চুম্না ইদুনা ভাব তাহন্নবা হোৎনৈ।

**অনৌবা যুগ** অসি পুংদোংবগী থৌদোক (সেপ্তেম্বর ২১, ১৯৪৮) থোকখ্রবা মতুংদা ইরাবতনা অন্দরগ্রাউন্দদগী অদুম ফোঙলম্মি। ঐখোয়না ইরাবতকী অশেংবা মশক মহাক্কী রাজনীতি রাখল্লোন অমসুং পান্দম ময়েক শেংনা খঙগে হায়রবদি "অনৌবা যুগ" য়াম্না মমুৎ তানা নৈনবা মথৌ তাই। লাইবকথীবা অমদি মহাক্কী লালহৌগী মায়োক্তা চৎথখিবা রিপ্রেসিব মেজরশিং কিবদগী চেফোঙসিগী কর্পশিং মাঙম্নখিবা, হৌজিক লনাই ওইনা লৈনহৌরিবা কপিশিংসু ইরাবতকা নকুরম্বদুগী মিংচত্তি পাম্বা অদুগা হৌজিক হিংলিবা পুন্সি মহিংদুগা ইরাবতকী রাখল্লোলগদি চুশীন্নদ্রবা মীওইশিংনা ইরাবতকী অশেংবা রাখল্লোল ফোঙদোকপা কপিশিং লোৎশিন্দুনা থম্নখিবনচিংবা য়াওবদগী "অনৌবা যুগ" পু হেম্না কুপ্পা অমসুং মপুং ফানা নৈনবগী খুদোংচাবদি ফংনদ্রি হায়বা তাই। অদুম ওইনমক ফংলিবা কপিশিং অসি য়েংলগা ইরাবতপু লময়ানবা জর্নেলিষ্টনি হায়বগী মথক্তা ফিদম্নীংঙাই ওইবা জর্নেলিষ্ট অমগী চঙদবা য়াদ্রবা গুন মশাগী তোপ তোপ্পা স্টাইল অমসুং খুই লৈজবা হৌজিকফাওবগী ওইনদি মণিপুরদা লাম্বা লৈত্রিবা জর্নেলিষ্ট অমনি হায়না চেৎনা থাজবা অমা পোকহল্লি।

*লৌথোকফম : পোক্রুফম. ২১ গুবা চহীগী অখম্নবা চেফোঙ, ফেব্রুবারী ১, ১৯৯৬। রারেং ইবা মশানা যাবিবদগী ফোঙজবা।*

# ইরাবতকী 'ইমাগী পূজা' নৈনবা

**ডাঃ কারাম মণিমোহন**

ইরাবত অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবনি, মহাক্না পুশিল্লকখি অনৌবা মহাও অমা সাহিত্যগী যুম্ফ মদা। রাখলগী সংসোরদা ভাওরম্বা, অথোৎ অমেঙগী লোন্দা পুদানা ফোঙদোকপা, নুংশি-নুংঙোল অমসুং শাবী শানৌগী অরোৎ অফোঙদা পেঞ্জরম্বা — কমল, চাউবা, অঙাংহল, — মখোয়গী সংসোরদগী নাহ্নোক্তুনা অহানবা ওইনা থোরকই, হকথেংনরিবা সমাজগী শক্তম অমসুং অহিঙবা পুন্সিদা থেংনরিবা মখল কয়াগী এক্সপিরিয়েন্স উহনবা, ইরাবতকী থৌরবা কলমনা য়েকখি শৈরেং কয়াদা, "ইমাগী পূজা" দা। সাহিত্যগী অথুম্বা রসতা কোইতাও তাওবা নত্তে, মহাক্কী শৈরেংশিংদি সাহিত্য নত্তে, পুন্সিনি, অশেঙবা মশক ওইনা চোঙথোক্লবা অখাবগী, অথুম্বগী অমোৎপগী, নুংশি হৈতবগী শক্তম কয়াদুনি। ইচম চমনা সাহিত্য ওইনা নৈনগদবা নত্তে, শকয়েঙ মীংশেলনি ইরাবতকী সাহিত্যদি। মতমদুগী সমাজ খঙবা তারবদি — মতমদুগী মীওইবশিংগী (লৌমীশিংগী),লৈত-লাইরশিংগী, তুহৎপীরবা মৈত্তৈ নুপীশিংগী, তুহৎপীরবা মীওইবগী শক্তম য়েংবা তারবদি, পাবা তাই ইরাবতকী খুৎই, মহাক্কী শৈরেংশিং, "ইমাগী পূজা"। মহাক্তি মণিপুরী সাহিত্যদা লৈত-লাইরশিংগী চার্লচ ডিক্সন্সনি; অবাবা নংলবা মীওইবগী কনবিবা মীনি; লানগোই চনখ্রবা মীওইবগী লানবিবনি। মহাক্কী শৈরেংশিংনা মশক তাই — মীওইববু নুংশিবা করিনো, মনাও তম্বা করিনো, লান করিনো অমসুং য়েক্নবা হায়বা রাহৈশিনা করিবু খঙনবগে। মহাক্কী রাহৈ খরতনা তশেঙ তশেঙনা তাকপা ঙম্মী — খাঙবা কনবা, মরৈবাকপু নুংশিবা, অমসুং মরুপ মপাঙবু থম্মোয় শেঙনা নুংশিবা করিনো?

"ইমাগী পূজা" — লাইরিকশিংদা নৈনবা য়াবা শক্তম কয়া অমা য়াওরি। হান্না মমাঙদা অমুক্তা ফোঙদোক্লখিদ্রবা সাহিত্যগী তাঙলবা, অশেঙবা মহাও অমা ইরাবতনা লময়ানবগী মতৌগুম ইরি পৃথিবী লানজাওগী কিরবা, পাবদা থুক লাওবা লানগী ডাইরী চেনা কয়া অমা। এরিক মারিয়া রিমার্কে ওল কাইত ওন দ রেষ্টর্ন ফ্রন্ট উপন্যাসনা থোইনা হেনলোই, ইরাবতকী লানগী অকাবা দৃশ্য কয়াদগী। মেলিটারী ডিকশন শীজিন্নবদা হালেঙবা লৈত্রবা কবিনি — লানগী দৃশ্য থাবদা চোকথবা লৈতনা, হনবা লৈতনা মীয়ামদা — খঙদ্রিবশিংদা, উদ্রিবশিংদা লান হায়বদো অসুম তৌবোইরে, উৎপা ঙম্বা ইরাবতনি। মহাক্না হৌদোক্লমই অনৌবা রাহৈ কয়ামা — লাংজা এরোপ্লেন পাইরে, লমছুই সাইরেন খোংলে, মটর শাহুই লাঙই, হনুমান্না বম থাদরে, চেক নুঙ চাকলে, এন্টি এয়ারক্রাফটগন উরে। লানগী মতমদা মৈ মম্বা মুৎথৎপবু অসুন্না থারি — "সাইরেন তাবগা ফিরুক খুম্বা, নত্রগা মশক উদনবা লোৎপা" —। শিল্পিন্নরিবা রাহৈ খরসি মণিপুরী সাহিত্যদা ইনৌ-নৌবা, মচাক থন্না য়াওবা, অনৌবা মখলগী এক্সপিরিয়েন্স মক্তনি। ইরাবতকী কবিতাদা মরৈবাক নুংশিবা, নীংতম্বা মাঙখ্রবা মরৈবাক অদুম্বদি ওইবগা তৌশিন্নবা সমাজদা কুয়োম ওইনা থম্লিবা মরৈবাক, নুপী ওইবীশিংনা মনাং তমহন্নিংবা, সোসিয়েল ফিদমগী মঙান পুরক্তুনা, মরু ওইনা নুপী ওইবীশিংবু সমাজগী নীংতম্বা ফঙননবা খঞ্জবনা ইরাবতকী লাইনিংনি। দরেন্দ্রজিৎকী মরৈবাক নুংশিবা অদুগা ইরাবতকী নুংশিবগা চাউনা খেয়ে। মহাক্তি মশামক য়াওনা সমাজগী ময়োন্দা চোংশিনবনি; নাক-য়েত্তা কবি-করি থোক্লি হাযবসু খঙবা ঙমই, রাখলনা নৎত্রগা ভাবনা শাগৎপা মমা-লৈবাক নত্তে, মশামক শরুক য়াবিবা অমসুং হকথেঙনরিবা সমাজদুনি, লৈবাক্তনি মহাক্না নুংশিজবদি: আইদিয়েলিষ্টিক অমসুং রোমান্টিক ইমাজিনেশনদা যুম্ফম ওইবা ভাবনা শাবা মরৈবাক অদু নত্তে; কমলগী, চাউবগী, অঙাংহল অমসুং নবদ্বীপকী মমা-লৈবাক্তি ভাবনা শাগৎপদুনি; রাখলদা তারকপা মমিদুনি। মখোযদি সমাজদা শরুক য়াখিবা নৎত্রগা হকথেংনখিবা, নাক-য়েত্তা করি থোক্লিবগে হায়বনচিংবা খঙখিদবা ভাক্তনি। অদুনা চোঙথোরকই মখোয়গী লৈবাক্তি স্বর্গগুম্লবা, নীংথিরবা সনা লৈবাক মণিপুর ওইনা। ইরাবতনা মমা লৈবাক থাদোক্তুনা মীরমদা বন্দী ওইনা জেলগী

ফক্লাং মনুঙদা মথন্তা লৈরিঙৈ, নীংশিংলকই পোক্লফম লমদম্মু অসুন্না—

থম্মোই রাজাগী অকোইবা সীমানা/প্রকৃতিগী অচেৎপা পন/চাঁংনা কোয়না খারিবা,/মপান রাজ্যগা লৈনবা মরী/ককথৎলি, কাওহল্লি;/নিংহল্লি লৈরিবা স্বদেশদনি।।/ * * */চহি ফানা কায়নরবা, /থাবুম কয়া পাউ ফংদ্রবা, /ঐগী নুংশিরবী মাতৃভুমি, /ঐগী নুংশিরবা দেশবাসী ---

অসুক নুংশিরবা মমা লৈবাক অসিগী মনুঙদা, খাজিন্দুনা লৈরিবা সমাজ অশেঙবরা, অরানবরা হঙ্গৎনা য়েংবদা ইরাবতনা উরকই মীৎমাঙদা তশেঙ তশেঙনা ঃ--- নত্তনা হায়জিনবা সমাজগী কর্চি/গুসি আকাশ পাতাল ফাওনা নিল্লি।। ওইদবা মী অমা ফম থিন্দোকই/মচি অমদা খমথেংনা কিহল্লি/অশিবা অমা হিয়াং 'থৌবা ওইহল্লি/পোকপনা মকোকখিত্তং তোংবা/থোকপনা পোকলে ব্রহ্মা অমা।। চুমদবনা নৈবা কয়া কয়া/অচুম্বগী শাগাল হিকথরে/চুমদবনা মফম শিনখ্রে/মিৎ তাংশিন্না, না পংশিন্না/অচুম্বা কয়া নমহত্তুনা/ওইহল্লি য়োতিলংনা সনা/দাননি জেল থানানা।।

অসিগুম্বা তৌশিন্নবা সমাজগী মথেক শেঙবা অমসুং অকিবা পোক্তনা মাঁথাম মমাঙদা পুথোরকপা লমদদি ইরাবতনা লময়ানবনি।

ইংশোক ১৯৩০ গী অঙনবা মতমদা ইনখিবা ৱারেং শৈরেং কয়াথক্কী মনুঙদা নুপী ওইবীশিংবু অরাঙবা থাক্কী ৱাখল জগৎ অমদা কোয়তাও তাওদুনা লৈবগুম ত্তৌই। নুংশিবী নায়িকা ঙাক্তো ওইনা পুথোকই। মখোয় মখোয়না হকথেংনরিবা সমাজবু পূমকাও কাউথোক্লনা মশা মশাগী ওইবা প্রেম-সংসার অমদা হিংদুনা লৈথোকই। কমলগী উরিরে অমসুং মাধবী, চাউবগী লবঙ্গলতা, অঙাংহলগী ওহেনা-নুংশিবগী ভক্ত ঙাক্তনি। অদুবু ইরাবততি মহাক্না উখিবা, সমাজদা হিংদুনা চাউখিবা, মরাইবক থীরবা অমসুং মনিঙ-মখা তমজবা ঙমখিদ্রবা মৈন্তে নুপীশিং অপাবগী মীৎমাঙদা তশেঙ তশেঙনা উহল্লি; মশক ফজবী, চুঙ ফিরাল চাবী, রাশী লৈনা কুচু ফজবী য়েংবদা মীৎফম হোংবা য়াদনা নুপী ওইবীগী মূর্ত্তি অদু নত্তে; ইরাবতকী চরিত্রদি ঃ--- উবদা তকশি শোন্নবা/অমৃত নিক নিক লাওবা/কদাই ফজবা মূর্ত্তিদুনা?।। শম পুনশিল্লু দেবী/ইফা ফারিবদো। নুপীগী হকচাংনা/কবাকথাং ছুরি মথৌ য়েংফম/সঙ্গিন মতোন চাং য়েংফম।। মচা মৱা কায়নরবী নুপীশিংনা/মখুৎ য়ান্দুনা চৈ থৱাই শোক্লা। ইরাবতকী নুপীশিংদি মনীং মখা তমদে; মীখা পোল্লী—নুপাশিংগী অমসুং সমাজগী ঃ নুপীবু থম্লিগদ্রা পোনগী উচেক্কম ইমুংতদা?/চাক লুখাক খরদংতং চারগা/মীনাইগুম্না থবক পুন্নমক তৌরিগদ্রা?/খজিক্তং শোয়বদা মীচৈ তাদুনা খাঙলিগদ্রা?/শা-শনগুম চৈজা নম্নোনরিদ্রা?/নুপী লোনবগী মৈরক্তা চঙদুনা খাঙঙমদবা অৱাবা কয়া খাঙলিদ্রা?

"ইমাগী পূজা" দা অখন্নবা শৈরেং খরদি মথঙ মনাও নাইনা পারগা অনীশুবা লাঞ্জাও হৌরকপগী লানগী দৃশ্য, অমসুং লান মনুঙগী মাঙ তাকপা অকিবা তুজুংলবা অশি-অনা কয়া, পরেং পরেং উবা ফংঙি। জেল মনুঙদগী ফাদোকশিংনা অৱা-খাঙবা, সিফাই কয়ানা ড্রিল চৎপা, খুৎশু-খুলাই শেম শাবা লান হৌরমদাইগী সাইরেন খোংবা, ব্লেক আউত তৌবা, বোম থাদরকপা, পোকখাইবা ঈ-নাই তাবা, এন্তি-এয়ারক্রাফ গন মখোল হৌনা কাপ্পা অসিনচিংবা দৃশ্য কয়ানা অপাবগী মীৎমাঙদা পিকতোরিয়েল ইমেজরি মশিঙ কয়া উহল্লি। হায়রিবা ইমেজরীশিং অসি ফজ-ফজবা মিলিটারী ডিকশন শিজিন্নদুনা মপুঙ ফাহনবা ঙম্মি। মহাক্কী ৱাহৈদাঃ আকো-বাজা খোংলে/লেপ্ট রাইট তারে/কদোমদনো? মটর শাহুই লাংই/অফিসাব খোইরেন পাই, শোয়রোই। হুমথবী উমাইবী হনখ্রে/এন্টি এয়ারক্রাপগন উরে/মনাংদসুনি। সাইরেন তাবগা যিরুক খুম্বা/নৎত্রগা মশক উদনবা লোৎপা/হুকুমসি তৌখ্রে জগৎ পুম্বা।। লান মনুঙগী অকায় অতোয়, শিবা, অমরোমদা অকিবগী দৃশ্যশিং এরিক মারিয়া রিমার্কেগী উপন্যাস "ওল ক্বাইত ওন দ ৱেষ্টর্ন ফ্রন্ট" তগী তাথবা নত্তে। ইরাবতনা য়েক্লি লান মনুঙগী শক্তম খরাঃ ঈগী ঈ ঙাক্তো চেল্লে --- থক থক নিকলে।। ঈনা লৌখোং চেনবা/মীশানা লৈখোম থোকপা/লাঞ্জাও কয়া থেংনরি/অঙম ঙমদ লেপ্লরি।। রাইফল, তোপ মখোন মরক্তা/মিকপ মিরাওখোন্না থল্লবা/অশিবনা হাংদ্রবা মোংফমদা তারি নাৎসি জয়ধ্বনি। শাগৎলি চিক্রবা য়ুরোপকী থবাক্তা/মীকোক্কী ৱাংলবা আল্পস অমা/ঈনা (চোৎনা) লুপ্লবা হিটলারনা/লাওরি নাৎসি নায়কনা খাক্না/ঈহৌরকপা ঈগী ঈচাওদা/থুম্লগনি মীকোক্কী আল্পস/তাওরগনি নাৎসিগী ফিরান/লুপ্লগনি ফেসিজম ভুমধ্যসাগরদা।।

লান মতুঙগী মণিপুরী সাহিত্যদা ইনৌ-নৌবা ৱাহৈ ৱাতা শিজিন্নদুনা কবিতাগী লমদা অনৌবা মহাও অমা পুশিল্লকখিবদি ইরাবতনি। শাবি-শানৌগী নুংশি-নুংঙোলগী ৱাখলদগী

লাপথোরক্তুনা লৈবাক মীয়াম্না থেংনম্রবা লানগী অৱা-অনা থাদুনা অহানবা ওইনা মণিপুরী কবিতাদা পোইটিক ডাইমেন্সন পীখিবসু মহাক্নি। য়াম্না পিকচরস্ক ওইবা, সাহিত্যিক খুৎফোঙদোক অমা মহাক্না "ইমাগী পূজাদা" ইরিঃ ঈগী ঈঙাক্তা চেক্লে -- থক থক নীকলে/। মহাক্নী শৈরেং অয়াম্বদা ঈগী মনম ফাউহল্লি; ঈগী মচু উহল্লি; মসিনা অপাবশিংদা লানগী মতমবু নীংথিনা উৎপা ঙম্মি। ঃ— পুমঙাং ঙাংলে ঈনা/শিকারিগী গুলিনা পাল্লব্রা?।। ঈনা উফুন কারবা লৈবাক্তা/মীকোক কয়া কয়া পুরক্নি/অতৈ কয়া অমসু খোমজিল্লি/যিন্দাল মখোঙদা হাপকৎলি।। "মং অমা" কৌবা শৈরেংদা কবিনা অসুম্না শৈথারি ঃ—

বম তোপকী গুলিনা/মী মকুপ মকুপ পাই নুংশিত্তা/ নুংশিৎনা পুখৎপা ঈ মরিক্না/চুরকই নোং ওইনা লৈবাক্তা/মী মকুপ মকুপ্না ঈদা তোত্তুনা/লৈখোম থোকই মীশানা/অঙাংগী থবাক্না ওইখ্রে/সিপাহিশিংগী চান/সঙ্গিনগী থিনফম।। "হোল্লিবা স্বরদা মী মকুপ/থক্রিবা ঈশিংদা ঈ মরিক।।"

ইরাবত লাইরবশিংগী অমসুং সমাজদা নমথবীরবা, অতোন অতাশিংগী কবিনি। ওইজবা থাদোক্রবা, মাগীনি হায়বা থমদ্রবা, অরৈবা খরদং ময়ামগা য়েন্নদুনা শরুক থুংনবা হায়বশিনা মহাক্কী আদর্শনি। লম্বীগী চিদাইদা নুঙ থুগাইরিবা মীওইশিং, খুত্তা শাঙৈ, লাঙ্গোল পায়দুনা লবুক্তা থবক শুরিবা শিনমীশিং; মপুক শিৎপতনা শরুক ওইবা, শেগাইবা ফিতনা ফিথুং ওইবা, নিংথিনা চাবা ফংদ্রবা সমাজশিংগী মরাইবক থীরবশিং অমসুং মশম মনা ইফা ফারবা নুপীওইবীশিং — মখোয়শিনা কবিগী মরু ওইবা চরিত্রশিংনি, কবিতাগী য়াংলেন শরুনি অমসুং পুন্সিনি। অদুবু লৈখা তারবা মীওইশিংশিগী মরক্তা অমুকসু কবিনা উই - নুংশিবা হিংবা, অপাম্বা অমসুং লোয়নলিনবগী নুংঙাইবা অমা। নীংথিরবা, পুক্নিং শুমহৎলবা প্রকৃতিগী তম্পাক্তা শান্নজবা ফংঙি-নায়ক নায়িকা কয়া অমসু নুংশিবগী, অপাম্বগী মিত্রংগুম্লবা ঈখৌলাংবা অমা। নোংপোক্তা ফিডৌ শল্লকলে/অপাম নুংশি লাং থোরক্লে/মালিকা কুন্দোনা পুমডৌ ঙৌরে/লৈনম্না থমোই মৈ থাগৎলে/নুংশি-বাঁশি খোঞ্জেল পাইরক্লে/নুংশি মৈরি থোক্না চাকখৎলে/অপাম নুংশি মৈমুৎনবা।। প্রকৃতিগী মতেঙ লৌদুনা শাবি-শানৌ অনীগী নুংশি-নুংঙোলবু কবিনা শৈথারি অনী কায়নরমদাই নুংশি বিদায়দা/চিনগা চিঙ্গেৎননা চুপ্পবা/নুমিৎকী অঙাংবা মমিনা থুংনা/চেল্লি সমুদ্রগী মশা পুমথুং থুংনা।।

"লুহোংবগী বর হন্যা/খোইরুম মোমোন তৌনা/নুংশি ঈপাক্তা তাওরি/নুংঙাইবা অহিঙ লেল্লি।" অসিনচিংবা।

লান মতুংগী মণিপুরী সাহিত্যদা ইংরেজী বাহৈ শিজিন্নদুনা কবিতাগী ফজবা শক্তম হেনগৎহনবা ইবাবতনা ইহান হানবনি। মতাঙ চানা চানা কবিতাগী মরী মখোঙ য়েংলগা হাপ্পনিনা থোইনা ফজহনবা রাশি অমা হাপকৎলি। অদুবু য়াম্না তোয়না শিজিন্নবা পোইটিক ভিজন দি লানগী বাহৈনি; খুদম ওইনা — লেফ, রাইত, এরোপ্লেন, সাইরেন, মোতর, ওফিসর, বোম, এন্তি-এয়রক্রাফ্ট গন, ফাশিজম, ইন্সপেক্সন, ডিবিজন, স্টার মেদল, ক্রোস, বোর্ড, মেনুয়েল, জেলর, রাডর, দিক্তেতর, জেনরেল, গ্যাস, গেরিলা, রেজিস্তর, নার্শশি, রাইফল, আলপশ, হিতলর, ফ্রেম, তোপ, সিপোই, গ্যাশবোম, প্লাতুন, শিলেট্র জেল।

মথক্তা পঞ্জরিবা বার ডিক্সন খরসি রিবোল্যুসন্নারি কবিশিংনো তোয়না শিজিন্নবা ঙাক্তনি। মায়কৈ অশোমদা য়েংলবদি ইরাবত অসি মণিপুরগী ভ্লাদিমির মায়াকোভস্কিনি হায়বা য়াই। ইরাবত য়াম্না ওতোবাইয়োগ্রাফিকেল ওইবা কবিনি। "ইমাগী পূজা" দা য়াউরিবা কবিতাশিং পারগা ইরাবতকী শিলেত দিস্ত্রিক জেলগী ফাদোক ওইরিঙৈ মতমগী হকথেংননা ফংখিবা পূন্নমক নীংশিংহল্লি। তশেংনা থোকখিবা, মপুন্সিদা থেংনখিবা মশানা থেংনখিবা পূন্নমক রেকোর্দ তৌশিনবনি। "ইমাগী পূজা" — মহাক্কী মশাগী দাইরিনি। মায়পুননা য়েংঙলিবা সমাজদা মীৎ লাউনা পাঙথোক্তুনা কাচিন কোয়া উশিনবা ঙম্বা মণিপুরগী W.H. Auden নি অনৌবা যুগকী, অনৌবা কবিতাগী লমযাননা কবিনি। অদুবু মহাক বাগনবা মী নত্তে, নীংবা কায়রবসু আশাগা শাগোন্নবা কবিনি। পুমনৌ নৌবা সংসার অমবু ঈখৌলাংবা, অরাপ্পাদা শান্তিগী মঙান উজবা কবিনি। মহাক্না শক্নি ঃ

লাপ্পা — য়াম্না লাপ্পা,
অনৌবা দুনিয়াগী মায়কৈদা
অতিয়া মম্না কারিবা
হাইগৎলিবা উফুল উবগা
শিরবা ঈংলবা হকচাংদা
চোংলকই আশাগী মিহুন্না।

---

*লৌথোকফমঃ 'রাখল' জুন ১৯৯৪, ৭৯।৮২ শুবা মশীং। রারেং ইবা মশানা য়াবিবদুগী লৌথোকচবা।*

# Irawat Singh : *The Artist In Arms*

**Hemango Biswas**

In my more than forty years of experience of a movement for a People's Culture, I rarely met a person of a stature of Irawat – perfect man, a fighter and an artiste, I came very close to him and our intimacy grew into a profound friendship of which I am so proud.

It was in 1943, after being released from Sylhet jail, he came to stay for sometime in the Communist Party Commune, where I was putting up at the time. While he was in jail he came into close contact with some Marxists and felt drawn towards Marxism. He was then seriously reading books to grasp the fundamentals of Marxism and drew me into discussion on different questions. Irawat was a charming personality, softspoken, modest, eversmiling having a limitless fund of humour. Our life was not easy at the time. A decent meal was rare thing. Irawat still was not a party member, but shared our life as one of us.

He got intensely interested in the progressive writers and the People's Theatre movements, we were then organising in Sylhet and Cachar. I discovered in him a creative artiste – who could compose, sing and dance. His talks enlightened me a lot about the rich traditions of Manipuri culture. I learnt first from him the epic story of *Khamba and Thoibi* – the theme weaving the fabric of Manipuri life and culture. At the time he translated into Manipuri some of the mass songs composed by me, of which two became very popular in Manipur. One is "Thangol Adu Maya Thangu Thouna, He Lou-uba" and the other is "Houro Awaba Ahingi". The first was the rendering of my song কস্তেটারে দিও জোরে শান কিষান ভাইরে (Sharpen your sickle, brother kisan). The second is of the জাগো দুঃ খের তের ঘোর তমসা ভেদি (Arise, the dark night of agony ends). The original tune of my songs were maintained. The above two songs were recorded by Chandrakala Devi, the then leading female voice in HMV disc, which had a record sale in Manipur. Actually Irawat launched the new mass song movement in Manipur. He also composed a red flag song and rendered some other popular mass songs.

From Sylhet he went to Cachar where he plunged headlong into the peasant movement. He soon became the most popular peasant leader of Cachar. At his instance all sections, particularly Manipuri peasants, joined the kisan movements in their thousands. He also mobilised the village artistes. It was due to his influences that Guru Kamini Singh, the leading exponent of Manipuri Dances joined our People's Theatre movement. I took a photo of Irawat Singh along with Guru Kamini Singh. I still preserve it.

In 1944 with a singing troupe I went to Katakhal village in Cachar, to attend the District Kisan Sabha Conference. In the open rally, Irawat was in the presidential chair. He could speak Bengali though haltingly. His words came from the depth of his belief. He was always simple and to the point spiced with occasional humour and sarcasm. I had an exhilarating experience then. There was a cultural programme at the end of the conference and I was conducting it. The tea labourers of Atharatila were presenting a Jhumur dance. At the peak moment of the dance Irawat left the presidential chair and joined the dancers, making no mistake in step and rhythm, and continued till the end. He was not only a mass political leader, but also a cultural leader who helped to build up the IPTA movement in the Barak valley. Later in 1945, we met again in Netrokona, Mymensingh, where he led a delegation from Cachar to the All India Kisan Conference. The Conference lasted for three days. During daytime he participated in the deliberations and at night he took part in the cultural programme with his troupe. In the open rally, which was a mammoth gathering, he presented his vigourous dance composition "Thangol Adu" with his troupe inspiring the memorable gathering of about 2 lakhs.

In 1943, on special invitation from P.C. Joshi, he went to Bombay to attend the first party Congress of CPI as an observer. Since then he formally joined the CPI. The ban on him being lifted, he returned to Manipur in 1946. He was given a hero's welcome.

Next time I met him in 1948 at Gauhati when he came to attend the Assam State Conference of the CPI. By the end of the year I met him again in Calcutta where both of us came as delegates in the second party Congress. There was a sharp political confrontation between the old line and the new line. In the congress pandal we were sitting very close, I could get his opinion on and his reaction to the deliberations that were going on. He enthusiastically supported and voted for the new line of armed struggle – Telengana way; which was adopted in the Congress by a majority vote.

At that time he was having a gastric pain very often, but he did not hesitate for a moment to undergo the most hazardous life of extreme suffering and sacrifice.

That was our last meeting. The party remained banned for more than three years. At that time we heard about his underground activities. He already became a legend in Eastern India.

In 1951 I was overwhelmed with grief when I heard of the death of Irawat at the Burma border, where he went to contact guerilla leaders. One of those leaders, Thakin Than Tun came to our second Congress in Calcutta and Irawat met him there Irawat wanted me to go to Imphal once, to help him in building IPTA. I could not fulfill Irawat's behest while he was alive. But I did never forget his call. In 1955 I went to Imphal and met a wide circle of Manipuri artistes. I got a ready reception among them when I was introduced as an original composer of the "Thangol Adu" song. After I went to Imphal. I discovered the full stature of his genius. When I met Shri Lalit Singh, Director of MDU (Manipur Dramatic Union), the father of Manipuri modern drama, who was endearingly called by all as "Pabung" which means father,

